# লৈশাবী চিঠিঁখেলা

জি. সি. তোংব্রা
( যামিণীসুন্দর গোল্ড মেডালিষ্ট )
হেদ ওফ মণিপুরী ডিপার্টমেণ্ট,
ইন্ফাল কলেজ, ইন্ফাল।

## ৱাহৌদোক

"লৈশাবী চিঠিথেলা" লায়ব লীলাসি "জেলখানা" কৌদুনা রূপমহল আর্টিষ্টশিংনা ইং ১৯৫৫/৫৬ অহুবাইদা ৪/৫ রক শান্নখি। ইং ১৯৬৯দা মমিংসু ওল্লগ থর শেমদোক শেমজিন তৌদুনা অমুক ইথোকচখি। মীয়াম্না ফংহনবা যেংবিবদগী ইং ১৯৭০দা কাছাড়দ লীলা উৎশুব নংনব ছাপা নমথোকচখি।

ইডুকেসন দিপার্টমেণ্ট, মণিপুর গভর্ণমেণ্টনা পব্লিসিটি গ্রাণ্ট পীবিবন কোমনা নমথোকচব ঙম্লে। মতৌগদবক লমন তোঞ্জরি।

সোসাইটি থিয়েটর, মণিপুরনা লীলাসি কম য়াম শান্নরে। অসুমা লীলা পার্টি অমমন অমুকম্ শান্নরি।

ইম্ফাল,
ডিসেম্বর, ১৯৭০ ইং

জি, সি তোংব্রা

# লীলা মীকোক

| পাঃ | | চহী | শাখিব মীশক |
|---|---|---|---|
| ১। | মপাসিং | — ৫০ | শ্রীযুগিন্দ্র পেব্যাঃ |
| ২। | কিরণসিং | — ৪৫ | শ্রীতখেল্লম্বম অমুজাওসিং |
| ৩। | দেশবন্ধু মহাজন | — ৫৪ | শ্রীথিজোম বীরহরি যুগোলসিং, |
| ৪। | তোম্ব কেরাণী | — ২৮ | শ্রীকেশোসিং, মংলেমসিং |
| ৫। | রতনাসং ছাত্র | — ২৫ | শ্রীকে, তোম্বাসং, কুলজিৎসিং |
| ৬। | নিপামচা | — ২০ | শ্রীবীরবাহুসিং হুইরোম |
| ৭। | হেদমাষ্টর | — ৪০ | শ্রীবীরমঙ্গোলসিং, বীরেনসিং |
| | | | সরাংসম |
| ৮। | কেরাণী | — ৩৫ | শ্রীঅখেল মংলেমসিং, বেগেন্দ্র |
| ৯। | চাপ্রাসী | — ৪২ | শ্রীসোরাম ইবোচৌসিং |
| ১০। | ছাত্র খর, কাদোক খর | | শ্রীঐরাবত, ইন্দ্রমনি, ইবোচৌ |
| | | | ইবোতোম্বী |

| পিঃ | | | শ্রীমতি |
|---|---|---|---|
| ১। | ঘুপীমচা | — ২২ | সোরাম শ্যামা, কৈসাম রোমা |
| ২। | মমা | — ৪৫ | রাধারাণী, রাইমবী, যামিনী |
| ৩। | অহনবী | — ৩৭ | রাধে, রেখা |
| ৪। | ওকেলিয়াশাবী | — ২১ | এলাম কল্যাণী |

রিহিয়ার্শেল মাষ্টর : শ্রীইবুংগম মঙ্গীসিং
এসিষ্টেন্ট ডিরেক্টর : থাংজম ইন্দ্রজিৎসিং
ষ্টেজ মেনেজর : লাইশ্রম বীরসিং
লাইট মেনেজর : ম্যারাইবাসিং
খুথোকপম মতেং পাংবশিং : সর্বশ্রী হুইরোম রাজেন্দ্রসিং,
শ্রীলাইশ্রম মঙ্গীসিং,

জি, সি, তোংব্রা।

ইং।

# লৈশাবী চিঠিখেলা

## ১/১

( হায়স্কুল, হেদমাষ্টরগি কা, অয়ুক পুং ১০ (উপু থম; মেজ অনি, চৌকি থর, লাইরিক অমদি রেজিষ্টার কয়া লৈব উই। মপান্দ ছাত্র কয়ান "পরীক্ষা হায়দোকপিরে" হায়দুনা লাওব তায়।)

হেদমাষ্টর : তম্ফাজাও ! তম্ফাজাও ! (কয়)

তম্ফাজাও : করি ওইরবনো ওঝাবু ? (কয়)

হে·মা : কদায় কদায়দগি অত্তাংশিংনো লাংইবশিংসিবো ? করম নেকউরিব্রাও ?

তম্ফা : ওঝাশিংন ফিসপু হনব ওয়রদি হায়দুন মখিং চমবিথিক, শিংছু ওইরম্রি, ঐদি ছাত্র খোম্ব য়াওজখিদে !

হে-মা : নংবু স্কুলসিগি তোলোব চাব য়াওব্রাও ?

তম্ফা : পূক থনকাংব্রবসু চাবদি য়াওকৈ।

হে-মা : অদুদি লাংদনব তাম্বোকখো।

তম্ফা : ঐবু ক্তে হায়দু। ইন্দুন তালগদৌবনি ম[illegible] য়েংদন। লাংগনো। (মপাশিং অমদি নিপা[illegible] তম্ফাজাওগা ইল্লি)

মপা : করিনো ঙক থকইন হায়স্কুল ওল্লব্রা ?

হে-মা : এঃ দাদারা ? লেংশিনখিরকউ। তক্ষা, চৌকি।

মপা : পরীক্ষাবু ঙসি হায়দোক্লব্রা হবেং য়েৌখিব্রা ইবুংঙো হেদমাষ্টর ?

হে-মা : ঙসি মুংদাংবাই হায়দোকচনি।

মপা : ঐগি নিপা ডাকুসিবু পাশ ওইরব্রা অমুক্ত য়েংজনীংহ্নন লাকপনি।

হে-মা : ওঝা কেরানী, মার্ক সীট অমুক্তা ? [পীরগ] : নিপামচা নংগি রোল নম্বর কয়ানো ? করি ক্লাশ ?

নিপা : রোল নম্বর Sixty nine, class nine o নি ওঝা কেরানী।

হে-মা : Sixty nine, নিপামচা, মহাক্তি পাশ ওইব তারে দাদাবু। ইংলিসত নম্বর ২, অঙ্কদ নম্বর অমদি বাংলব্রা ?

মপা : ইংলিসক অঙ্কপদি কেল ওইরিব, ইবুংঙোখোঃন চানবিহ্নন পাশ ওইহনবিব তারে ?

হে মা : নম্বর অম অনী বাৎপসিদি পাশ ওইহল্লে দাদাবু।

মপা : নম্বর বাৎন পাশ ওইহনবিবহ্ন ইয়াম্বদি পামজদে, কেল অহুম ওইহনবিরগ নোংমৈ কয় হোৎনহল্লগেবা ইবুংঙো।

[illegible] : [illegible] য়ায়য়োই দাদা, অম অনী বাৎপশিংবু কুমশিদি পাশ [illegible] হায়হ্নন ওঝাময়াম লেপ্লখে। করিনো মীদি পাশ [illegible] বায়হ্নন ঙা চাক কৎনরি। দাদান অঙাং পাশ

ওইরগা খুংঙাইবিত্রিং'বু ফাগী নত্রবদি ফন ঙকই।

মপা : মতিক চাক্কাংতন, নম্বর ১/২ রাং রাংতুন কা'খব অ'সিন, হয়েং পরীক্ষা অচৌবদদি পাশ ওইগদব ফন শাংন রাংতুন তারক্কনি। মতিক চারগ ক'হনবিয়ু অমুক্ত হঙ্গিম তমহনজখিগেনে। *No. Bida miti*

হে-মা : ঐখোয়গি স্কুলসিগি চাংদ'দি অঙাংসি লমখর হেন্নরবন্ন শিংই, পাশ ওইহন্নব ঙম্মোই দাদা।

মপা : তুংদ রানবনি হ'ঙ্গিন্দুন তমহনবিখো, ফিস অতুম হুল-ওঙ্গগে।

হে মা : দাদান অঙাং কেল ওইহনবিখো তাকপিরিবহু মীয়োল খর রাংপিব নত্রব'দি ফন ঙকই।

মপা : হোয়, ময়ামগ মীংয়েং খর যায়দবনি। কেল অমুক্তদি চানবিহুন ওইহনবিখো।

হে-মা : অঙাংসিবু হঙ্গি·দুন তমহল্লগ বৃত্তি ফংহনবিগে অসিরাও?

মপা : অঙাংসিন লাইরিক খর ফগৎলগ, বৃত্তি ফংবদ ফিশ তাহুন, ইবুংঙোগি য়েঙ্খাংদ থুম নম্মোইদ্রাও?

হে-মা : দাদাগি রাসি ফাগি নত্রবদি ফনবু ঙকইনে।

মপা : ইয়াম্বদি মতিক চাত্রিব অঙাংবু পুখৎপ থাজদে, কেল ওইহনবিয়ু অচুম্ব তৌবিয়ু, পাশ ওইরিবশিং অহু ফাওর খিজিক্ত ফাব জাংনি — হ হ,' নয়াম্বগি ফাগিদি চেংবৈ ফাগি নস্তে। 'চুম ফাগিনি।

কেরানী: ইবুংঙো নিশামচা নংবু পরীক্ষা পাশ ওইনিংব্রা [illegible] তম্লিংদ্রাও।

নিপাঃ ওঝা কেরানী, লাইব্রিক্ত হান্নগি পারা খরিবকাওব নিংথিন ফাদবদ, অনৌব অরুব পারা ময়াম মথং মথং ভমথবন্থ য়াইবো। পাশ ওইবগি মুংঙাইবদি ওহাক্ত।

কেরানীঃ উম তাদন পোকপ অশেংবনি। [য়ে'ই]

মপাঃ হন্দক তৌথিব পরীক্ষাচুদ নংবু লাইব্রিক্তগি করি করিনো ফন শিল্লি হায়বদায়?

নিপাঃ হিষ্টরী জিওগ্রাফীদি লোয়ন ফাব ভমহৌদহুন গার্দ চৎপ ওঝান উইরিবৈদ খর শিঙ্খি।

হে-মাঃ নংন ফন শিন্দুনস্থ ঐখোয়ন ফাব ভমহৌক্রবনিন নং পাশ ওইব তারে অঙাং।

নিপাঃ তৌবিস্থ ওঝাবু, জ্ঞান ভান হঞ্জিন্দুন অমুক্তগ ভমজখিগে। ঐ ওকচরুত্রে, ফেল ওইদৌব লৈ হায়দুন হিন্দী পরীক্ষা হুমিংতস্থ শিন্দুন শান্নখি।

হে-মাঃ মতুন কান্নরোই, নং ক্লাস নাইন পাশনি। হঞ্জিন্দুন ভমগে হায়রগ অতৈ স্কুলদ ঙাংনতুন য়েংউ ইম্ফাল হায়-স্কুলন পাশকি সার্টিফিকেট পীরবদ অতৈ স্কুলন নাইন্দ অমুক নমিং চলহন্নি হায়বদি থাজদে।

মপাঃ অদুদি ইবুংঙো অঙাংসি মনিপুরগি স্কুল অতৈদস্থ নাইন্দ হঞ্জিনব য়ারোইদৌরিনে?

হে-মাঃ য়ারোই দাদা, ক্লাস টেন্দ চনবিরুগে হায়রবদি য়াগনি। করে'দুদি ইবুংঙোখোয় হেডমাষ্টর ময়াম মান্নতুন অঙাং

মাংহল্লিব স্কলশিংদদি ইচা তমহন্জরোই, অনৌব স্কুল অম হংজরগে (অর চংংগ) ইহে, চংচরে ইবুংঙো।

হে মাঃ ফনি।

মপ: হায লাকও, ওঝা ,কম্লখো।

নিপা: খংনরগ খুরুম্ন'স — ঙৈজ ওঝাবু।

হে মা: খুরুমগম্ন ইবুং'ঙা, পরীক্ষা ময়াসি ওকপদ ঙকশম নাখ্রে।
(যং'হোরগ) মপা মচাসি মারোল বাংপ মামত্রা?

কেরানী: গাধার ছেলে গাধা হায়বচুনি, কৈন তোকপ পোকপ হৌনদে ওঝা।

হে মা: হযেং ইন্সপেক্টর য়ৌনব থোক্লগ বা য়াম্নদনব অৱাংপ নম্বরগ শিংসি হাপ'ন্সারো?

কেরা: ইংলিশ, অঙ্ক লৌব ওঝাশিংগ তাম্নরগ য়ানি। (চংখি)

হে মা: খঙ্গাত্রে, নম্বর অৱাংপ থর থর হাম্নগ পাশ ওইহনব বসিবু করিত্রা ফত্রিত্রা?

# লৈশাবী চিঠিখেলা

## ১/২

( মপাশিংগি য়ুমজাও অমনব, মাঙ্গোলদ, নুংথিল নুপীমচান চৌংফি শেৎ মমাদগি হরাওজগোই তম্মি, নুটশেৎপ নিপামচান ধুলোক য়ৈরি "উ" লাওরি। থারমদাইদ মপাসু লাওব য়াওরে, কুম্মে য়েংলে, চোংব য়াওরে। মোড়া চৌকি ১/২ থারি)

নুপাঃ (কম্মগ) মমাদেবী !

মমাঃ করি স্নায়াথং ? ( কি-ন )

মপাঃ থবক ইনথাং অমোংপ লোইরবদি য়ুমগি নুপীন য়ুমদ লৈব মতমদ থবক ইনথাং চথোকপদগি হেন্ন নাম্ন কে-ন লৈয়ু হায়রগা ?

মমাঃ কাউবু কাউথোকউরে। (চংথি)

মপাঃ নুপীমচা, জগোই ইশৈ হৈরগ করি কাম্নে ?

নুপীমচাঃ অরেংব অতাব মীপু নুংঙাই, অশাব অশকপ কাংবুন ওইজ ওইথক কংই।

[redacted])অঙম অথৌ মনিপুরদ থোরকপদ জগোই ইশৈ স্কুলগি ছাত্র

ছাত্রী ফন তোইন শাকই শকউই, আসামদ লিংথৌনা জগোই ইশৈ য়োনব ফন চংনবনি শেলবু পুংতোং তোংই হায়ব তাদেদা ?

মুপীঃ কয়া উশিন্তন শাংলিনো, নমাই তেকেরা মুপামচা ?

মুপাঃ জগোই ইশৈগি পাক চাউন কান্নবদিঃ মুপী নিপাপুম্বু চৎপ চেনব, শাংব শকপ, ফজন লৈহনবনি, মীয়ামু কন্নাগি য়াথল চেলহনব। লাইরবস্থ 'য়ুমগি মুপী নিপা, অতাংমবী খুদিংমক আর্টিষ্ট অমগুম চৎপ, শাংব, শব নোম্ব, খুৎ হাইব মমীং য়েংব, নোকপ কপ্প...... ফজ ফজন হৈনবদি মনিপুর ফজরব মুংশাইরব লৈবাক অমা ওইনি। অতম অথো থরগি মীংকিয়েঙ্গাং মখেলদ ওইবনদি মুংদাংদ থাবল কন্ট্রোল তৌবগুম থোকই।

( মমাদেবী লুহাংব চৎপগুম কেরগ থোরকপদ )

অদোম্বু কদোমদ লেংবিদোরিবনো ?

মমাঃ (ইকাইন) ইমুংদগি মাজোন্দ লাকচরিব।

মপাঃ মুপীমচা, মী লাকই, ফিদা থাও।

(ফিদা থায় মচিন মৌপরান মমাগ মপাগবু শেম্বা শাবি। মপাদস্থ কোট লিৎপি; অহুগা কুশৈ য়েংই)

মপাঃ অদোম্বু চহি কয়া শুবিরবগে ?

মমাঃ ( কে-ন ): য়ামজরপোংবে, মচেৎত ১৭ কুমসি য়াঙাংব।

মপাঃ য়ামদেনে করিনো, ঐথোয়গ হৌমিন্নবনি, ঐব 'থাজ থর হন্নমগন্না!

মমাঃ অঙাংবু কয়া ওবিরবগে ?

মপাঃ কনান হায়রিবনো ? পোকপদগি মুপী থিজত্রি।

(মচা অনীনা খুবাক খুই)

মমাঃ নত্তে, নিপামচাগি পরীক্ষাদু পাশ ওইরে হায়রব্রাও ?

মপাঃ নম্বর ২।৩ য়াংলি, অদুবু পাসতি ওইহনবিরে হায় ।

মমাঃ করেদা, মেত্রিক্তি য়ৌজরেদনা তাকুশে।

মপাঃ ঙাইখো; মমা; ঐন ফেল ওইহনবিয়ু. ক্লাস নাইন্দ হৃপ্রি-দুনা মরৈ-মুন্না তমহনগে হায়রে । য়াম্ব্রেনহায় মখোয়গি হেডমাষ্টর মীরোল হুক্রুবদো, য়াদ্রগ নখোয়সিদ তমহজ-ররোই, অঙাওবা অঙাংমখৈন তম্নব মরৈমুনব স্কুল অম লিংখৎচরনি হায়মগ ল'ক্রবনি।

মমাঃ ওজাশিংন নপা নচাবু ঙাওঙ হায়নহৌদ্রা ?

মপাঃ ইপা ইচাদি মীন ঙ;ওই হাযবিরগ মুংঙাইজৈ।

মমাঃ হুজিকপু স্কুল হায়বদু, চান্নন লিংখৎপ তারিব্রাও ?

মপাঃ নিপা মচানবু স্কুল লিংখৎকনি, লৈবাক শেম্নি হায়দোকউরগ ভুমিন্ন লৈখোক্লবদি ইলেক্সন মমাংদ কৈনা সন মউন লিংপ তারেদনা।

মমাঃ অদুদৈ ইলেক্সন্দ পূ্ংিব লিঙ্গাং ৮।৯ শিংবলোইদ্রি । মুপীমচান বি, এ, তম্বগি খরচ থা খুদিংগি. শেংতং চাদব য়ারে, সম্পত্তিস্থ অমত্ত লৈত্রে, স্কুল অমগ লিংখৎলবদি মুংঙাইজৌরি। ঐখোয় পূম্নমক দেসবন্ধু মহাজনগি সম্পত্তি ওইখিত্রা করিনো! মীপি লাথপতিন তৌগদব লৈবাকী

সেবাবু, ইবুক থন্ত্রিব, ভোলোব খিংত চাংব তৌনিংই-বসিবু — হে ঈশ্বর, ইবুংঙো নংসি ওক্র ওক্র মী শেম্মিদকো ! (মুংঙাইতব-উৎপ্ল)

মপাঃ মী পুম্নমকপু মান্নব শেম্নক্কে ঈশ্বরন। শেল তানব হৈব মীন লাখ লাখ পায়, চাদিং তোব হৈবমীন লাখ পুই। ৱাগনব মীন নহাকুম ৱাই, ৱাগন্দব মীন ঐশুম মুংঙাই। মী মথল শুন চংই তাইংং-সীলাদ; লাখ পায়ব মীন ক্রোড় শুনব তাক্লিংই, অমাং কোইরৈ ভাৱবশুম,

লিশীং পিশীং চাদিং তোব হৈনথুব ঐন লাখ শুনব চাদিং 'তৌনিংই, শেল পাম্মুদবগি নত্তব, শান্নব তোক্লিংদব হিংনিংবগি ৱানি

মমাঃ কদায়দগি লাখনো চাদিং তোদৌরিবা ? মীগি লুপা লিশীং ১০ ইলেক্সন্দ শৎলুবগি শিংব ওমদন্নব মন্ত্রী ওইত্রা হায়ববু মহাজনগী হিসাব শুব কেরানী ওইবিরিব নত্রাও ?

মপাঃ চহি ১৭ কি নহা নং হন্নুসি হোয়কনু। ঐব তোব-কুশ্মৈ খেংউ। উচেক্ল পাইব, ঙান ইৱোইব হৈবৈ, ঐন শেল তোনব ইশিন্নি. চাদিং তোব ওমদব, শেল তাৎবদি হৈব মীগি শেল, ঐশুম লৈত্রবদি কনান চাদিং তৌবিনি ? মসি লৈবাক্তী কনথনি, ঐদি ইশাগি থোশাদব লৈবাক্তি মীনি। নচাশুম ওক্তব অঙাওবা অঙাংদি স্কুল মথল অমা লিংখৎতব ৱাদে।. । মচাগি কুক্লিংখাওদগি

কোটোশিংদু লৌখোক্লগ য়েংই ) নচা নিপা চহি ১৬/১৭ কি অঙাংব লাৎলিবা কোটোময়ামদু য়েংউ। অয়াম মনিপুরগি পাখংগি লাইনা। মনিপুরন জ্ঞান তারকুন লাইনাসিঙসু চংদনব লাইরিক তম্ফমশঙ লিংখৎপিরকপ ঙাইখিদ্রা? নত্রগ ইশা মীনাই ওইদুন কাওব হোৎনব লৌরোইদ্রাও মুংশিরব ইচাশিংবু কয়ব? খল্লম্মুঅঙাং মমা, ঐ স্কুল লিংখৎনবা শেল পূব চৎলে হায়। ( ফুরিৎ, কোটো পীরম্মগ চৎথি )

( মচানিপান উংইঙৈ মমা মচান য়েংই কোটোশিংদু )

মুপীঃ ইমা সিনেমাগি ফিলম ষ্টারশিংগি কোটো ঙাকনে, নচা নিপান মহানমখৈ পরীক্ষা মমাংদ ঔরাইরকইব লাইরিকশিংদো।

মমাঃ ইকাইবমকসু খঙদেদা মাইথাবমিদে। মমা মপাবু মেলগি কাদোকুম য়াহনগে পোকপ মেলার ইবুংঙো, নংবু চহি ফন ময়াম্মে, ইকাইব হায়বদু খঙলরোইদ্রাও?

মুপাঃ ইথল্ল নত্তেদা ইমা, পাখং অয়াম কজব পায়ব ঙাকনি। পাখংদ নত্তে কৈনো অহল লমনসু সিনেমাগি ভক্ত য়ামখেনা। মীঙোন্দ প্রমান তৌরক্সবসু ঐখোয় বাজিন অসাই ইমাবু য়ুমদ কেন শেৎচাদুন লৈয় হায়দ্রাও? কজব পায়বু ইথল্লাও?

মুপীঃ রাট অপ কল। নখজাইদুদ খুবাক্র থাওয়া?

( মুপ্লে ভালবুপদ )

খুপা: নং লাইরিক মরক ইচে, চিঠি শুক থাম্ন থাওরম্মিদা — ঐন হায়দোক্পিদ্রগ।

( তাম্নখি, মমান ওক্তুন লৈহৌগ )

# লৈশাবী চিঠিখেলা

## ১/৩

মহাজনগি বাঙ্গলা— অয়ুক পুং ১০ তাবদ মাঙোম্দ মেজ মচা ১, চৌকি ১, মোড়া খর লৈ। থোবা কেরানী পায়জামা শেৎপ, ফুরিৎ শেগাইবা লিৎপ— হিশাব বহি খাট্টা, কক শেগাইব পুদুন মুকক্, কলম পায়ব, কৈজোম শেৎপ, মুখা ওবোং ইনব মেনেজার কিরনশিংগি মতুং ইন্দুনা লাকমিন্নৈ। বারী লোম্ন শারকই।

থোবা: খু[redacted]া মেনেজারনি, নচান কক শেগাইব অসিদ কম-থুন লুপা লিশীং লখাগী হিশাব শূবসি য়েংব মুত্তাইবিব্রা?

কিরন: অতো, য়েংব মুত্তাইব মিৎ পেনবদি ইংলিশ কিলাগি মেজ চৌকি ফজখ্রব অহুদা মখোৎ কারকপী লৈশাবী

নোই নোগ লাওবী ভানোইগুম্ন ভোরোক ভোবী শিংহুন কেরানী ওইনা আফিসকী মেনজারঙ্গনে।

তোম্বঃ নহাকরাই উগি কারখানা ১০মুক্তা চৎহুন মেজ ১, চৌকি ২থক্তুং লৈনব মিস্ত্রী ২০ মুক্ত ভাংনবত্ অহোংব, অশোইব অমত্তা থেংনদবো ?

কিরনঃ অমদা চংই পোং ফত্তে, অমদা চংই মমল কনমল্লি, হুকলৈ লেপোং নত্তে। মাগি বাবু ভাংনহুন করি কাম্নরিবগে ? মমৈদদি অশোইব চৌকী ৩।৪ গ মেজ চিংথাইরবা অমগ থেংনরে, মত্ মমশঙ্গ ফন হোংদে শোইদন লৈরদবোই নিংই. অত্তুবু পৈশা ৪দং তাও ম্নাদে হায়তুন থংনহুন লৈরক্তে ঐবো। মাগি বাবু ভাংনহুন করি কাম্নরিবগে ?

( ফক থাহুন ফম্মিম্নি, বহি থম্মি, মুকফু কলম থম্মি মথুং মথুংতগী )

নংসু ঐবো লিকই হায়রি ফাউন্তেনপেন লুপা ২।৩ পীব অমকুসু মরৈমু, মুপী থিদ্রিব নং১, চহী ১১।২২দা ভাইরিব নত্রাও? থাইনগী মুকফু কলমসিন লাইরিক শূব মুত্তাইরাও?

তোম্বঃ মহাজন্ন পীরিব ওংঙা লুপা ৩৫সিন, ফৌ সংবাইদা ৪।৫ পিরব মতমসিদা ফীরোল লৈবদি হায়রুম্নু. ফাউন্তেন পেন থম্বিখো, ইথন্দা চাবগি হবুক থন্দে খুড়াইবুংজো। ঐন ভলব লুপা এদা হাপ্পিয়ু হায়রকইবসি হাকুমদগী, নত্রাও? ভলব ৫ হাম্ন, হায়রগ, মাগি শজোইদা লৈবগি

থাগী ভারা লুপা ৭। পীয় হায়নেসে। কপ্পদি হায়কনু, ঐ নোক্কুন পংজবগীদন খুড় ইবুংঙো। তলবসি খিংতদি হাপ্পব ওাংনাম্বু ঐবু কৈদোগে, ইপা শক্লব, ইবুকতদি থম্বব চাঙগেবা ?

কিরন: পাগনু অং, থগ্রবম্ব খর লুপ্প ফংইবদে, মনিপুরগি ফংনগ্রব মতম্সদা ফখ্রপোৎনি। সেক্রেটারিগি, এদভাই-জরগি মরামতা, মনাই নাইথাং ওইদব ঐখোয়দি মা ক্রক ক্রক চাকুনখাংব তাই। ফগ্রব, লিকপুব মহাজনসে অমরোমদা ফখ্রপোৎনি, তলব হাপকৎলু ওহাক লৈতন হায়রুমু, থবক তোৎপিরো ইংলিশ ফিল্মগি কেরানী হাপকে, মুপীম্ব লৈতে ইচাম্ব লৈতে হাম্বরক্লগদি, ঐখোয় শোইরে খর খর শগুপ শায়ব ফংজরিবসে

তোম্ব: খুড়াইবুংঙো. ঐখোয় মহাজনসি মুপাদি থারম্রোইদা। থিব থোক্কবম্ব চাক চাদব শেল চংদব থিগনি হায়ব।

কিরন: (লোম্ন) মুপা অহন্দুই মরল তপ্পাবমখৈ হাংহৌরগ লৈশাবী লোনি হায়রুন থিরিব নত্রাও? লিকপুব নিপাগী মরলসে; মথরাই তাব মফমদদি জ্বাই লাওন চায়খাইদৌ-রিবনি। মান লৈশাবী লোব ফংদহুনা শিরগ ঐখোয় ময়াম অফং অফং —। নত্তে পরপ পরপ ইনাক খুদি হায়রগ অহিং অম সং — — —? কবি হায়বগে?

তোম্ব: কদায়দগি খুড়াইবুঙো মত্তম্ব ওমজরোই।

(দেসবন্ধুন খোদেমহুন লোক খুত্তন থোরকপা তাবদা

অনীছু হিসাব পরপ ২ সুমিন্নব, পামিন্নব। চহী ৫১ শুরব মপেক ফন হৌরবস্তু শামতুগী কমেজ লিংলি, কৈজোম অপাব কুপথুপ শেং'ল, খুদোপ্ ২।৩ শিরি, পম্পু সুজ গোপে লাওব তোংই. থাও, পাওদম মনম্মা ইপায় কত্তব মীদি লেংথৈনব য়াদে )

কিরন: ওসিবু নহা ওইন মুংদাংব্রাইরম কদোমদা—

দেশ: নখোয়ন খৌবিব শেলসি ইবুক চংদব মকম থর য়াওরে, ইশান চংতুন থোজক্করগে তৌবনি।

কিরন: ঐখোয় হেদক্লাকী মপামুপী, মুপীমচাহ্ বি,এ টেষ্ট পরীক্ষা লোয়হন থোরক্লে হায়বনি।

তোম্বঃ মহুদি খুড়াইবুঙো, ঐখোয় লোজানি, চহী ২২ মুক্ত ঙাইরিবা লৈশাবীনিনা ক'রনো ?

দেশ: লৈশাবী ওইরগ নংগী হিসাবকী মনুং চনব্রাও ? শনা বন্ধক থম্লম্বশিংহু মুংমং হেল্লবমথৈ হন্দোকপ য়ায়রোই হায়রুন মশা মশাদা নোটিশ পীয়ু, মীশকা শনা মশাং শেন্দোই য়াওন লিষ্ট ১ হুজিক মক শেম্মু। ঙাইখো মেনেজার ওসিবু হেদক্লাক কারক্লমব্রাও ? লোইংখোল লৈব য়োনব হায়রুন রেজিষ্টার তৌরব মথৈ, নামজারীগী দরখাস্ত থারুরো হায়রুন চংখিবহুবু মরোল হন্দোক্লরব্রা'ও ?

কিরন: মচা থোরকলে হায়রুন হরাওবদা. ঙা লৈবদা সীনেম্মা য়েংবদা থবকপু ছুটি লৌগে হায়বঙম তৌবনি।

দেশ: ঐঙোন্দগি মান পূথিবা লিশীং ১০ হুবু লিশীং ১ কান শিংগংত্রি, কয়ি পোং পীনি হায়রিবগে ?

কিরনঃ মাগী লৈরিব শিংপ য়াব পোৎ হাম্বু মাপি ইকেম্মহু কজরি, মচানুপী লৈশাবীত্তদি লিশীঃ ৩০ ফাওব, মচা নিপাছদি কেম্ন লৌজো হায়বদা পামগদব মুপীমচাদি থংদেকো মী অতৈদি লৈতে।

দেশঃ মাগী ভলবতগী ককসনহুনদি কাম্নপোৎ নত্তে, মচানুপীছ থোরকইদৈদা রা ১ লোইনহৌদব য়াদে নত্রবদি ঐ মুৎলে।

কিমনঃ হাম্নগী মথক্তা শেন খর হাপকৎসগ পাক্তা দলিল অম ইনত্রবদি হৎেং অপত্তব তাহৌনিকে ঐদি হাম্নদে হায়নি।

দেশঃ মত্তম চারিবৈদা শেল থোক্কব, শেল মাংদনব, মতিক চাব মালামাল পায়হৌনব মেনেজার নংন শিনবিত্রবদি, হেদক্লাকী মউন থুইরক্লবহু থোক্কনা লৌবনদি, মুচি অমত্তনম্নু সিকিমত্তা হুল্লোইদো। নবুদ্ধি শিজিম্নদন, নখোং চোৎতন সিদ্ধাদা চাবিগে হায়ববদি বার্নী মহাদেব, হিম্নাংথাং লাইরেম্বী অনৌব অম লিংখৎনব হোৎনবিয়ু, থাজগনব মীমখৈ খোম্মগ। নত্তে; নংন মেনেজর ওইহুন থবক পুম্নমক পুরিবনি, ঐগি অবস্থা থওই নং, ঐগি ভাগুম্ব থবাই মচাসিন ইরোইহন শাম্নহনব পুখ্রীমচা অম ফাওব ঐগি লৈত্তে হায়ব নং থওই, নংগি মীকা মীপুন ওম্ব, বিদ্যান্ত বৈদোনব শিজিম্নজিবনো?

কিরনঃ খোংউপন গ্লাসকীদসকী, খোৎখোৎ লাওব, মমল কলকত্তার ভাকতা তোংবিনিংইদো, মমলন মিলিটারীগী বুট শেম্নাইব, অতা-অতুগী মমল ভাক্ত হনবিদো, অহুদদি ননাই ঐম্ন দজালী কংবদি হায়কহু থুনিংদা কায়হুন তোকই হদং বন্দো চৎপগী।

অহুন ঐশু কাম্নপোৎ নখে চায়হুন, থোংউপ য়াওদব চৎপ য়াদব, ইন্থম থাগী উন খুং খুং তাবহু ঙাইহুন লৈজরবনি

দেশঃ ঐগী ইম্নমথা চংব কুইরে নং থংই কিরনসিং থংসিন্নদব তোগস্থ। মরম অহুন হুন্দক্তি হেদক্লাক মপাসিংবু মাগী হিসাব বহিন দলিল ওইহন্দুন, থাজব হাংপগী কাগোক তাক পীব য়াব ফিভমদা পুল্লগ, লু'া খরগ পীশিন্নুনা মাগী অচেংব মখৌরীদ পায়ব তায়। অত্নদদা মাগী অরৈব মালামাল কায়থোকে হায়গনি। মসি থোক্নব নংন শিনব তায়।

কিরনঃ মহু ঐগী ইত্তিকনি। অত্নম্ন মরেক শেংন হুকুম তাওথবিন্নু হায়রিবনে।

( শারী শেংতুন কেনা অহনবী লাকই, মমায়দি মীন লাকচ খিবগী সুঙাইতবন ঙাহ্রানৈ। ছুরী হাপ্ন বেগ অম মখুৎন পায়রকই। মশক হেক উবদা মহাজন থর থপংল লাল্লবনা অরম্নুং নিংঙাই চাওবী মাগী সুপাত্নগী মগুন থংবন। মাঙোন্দা হেক য়োবগ মমিং খান য়েংকুন বা শাওন ঙাংলকই )

অহনবীঃ ঐ শেল থোব লাকইবনি, দলিলদি ইনহোদে, পীগে পীরোই — ? লাইরিক তম্বনা মীগী' শেল য়াম্না তোল্লে।

( মহাজন, য়েংলগ তুমিন্ন লৈ, বা ঙাংদন )

কিরনঃ তোথ ইবুঙো, মোরারা চৌকিরা অম পরপ পরপ —।

( তোম্বন মোরা লোথোক্নুন থায় )

অহনবীঃ ঐন শেল থোরিবসি থাজবগী মথক্তা লুপা জিপীং ২।০ হাথলোব, হুজিক্তি ইনাক খুন্নব মহাজন ওইরব, ঐপি ইপান্ন

খুংঙাইজাহৗঙব; তৌবিমল থঙদব মীদনি। পাউখুম পরপ পরপ পামই, পীগে পীরোই ?

কিরণ: মোরাদা লেংশিনফিযুবা হৈতৈমইবেম্মা।

অহনবীঃ ইবুঙো ফমজ্রবসু য়ানি, লিরোল শাব্রব হোৌব লাকপ নত্তে।

দেশ: নত্তে ফবসু ফজ্রবসু চাথুম অমত্তদগী চাক থিরপ চামিন্নরমইবনি, হৌ'ন রা ঙাংনশি, ঙহাক্তংদি নৈত্তান ফমখোদনা।

অহনবীঃ ইমুংসিগা য়াম্না হৌংন কুইন কুইন ফমজরম্মে ঐ হুজিক ফম্ব খিজরে, লেপ্তুন নৈজগে। ঐগি লুপাহু তত্তথাই অম শেন্দোই ওইন থাম্বিহৌরো, লিশীং অম চামতাদং পিবিরো তোক্লরসি।

দেশ: অহুম শুন শিংগনি করিগি ১।। দা শিংলুদগে। মীন হাংথিব শেল থর থোব লাক্লরি, মসিন হেক খোকপগ নংঙোন্দা পীগে হায়রুন র্রাংতুন থম্রব পোংনি।

অহনবীঃ ( বেগতগি ছুরী লৌথোক্লগ ) মহোশাগি পাউখুমদু ঙসিদি ঐ য়াবরোই, শোইদন ঙমগদব মুখিং অম, পুংকমগ লোইনন থাও ছুরীসি পায়হুন ঐ লাকনি।

দেশ: কিরব রা ঙাংখেদ্রা নশক অহুক ফজবন সত্য, তাইবং মীগি মাইথোং অমত্তং থমুং কাহৈরব উথেদ্রবো।

অহনবীঃ হোয়, অদুগুব ঐসু য়াম্না উজরহুন ইথ্রাই ইরল কঙনব পায়জরিব ছুরীনি।

দেশঃ থাবুক লৈরগ উন্নসি ইবেম্মা শাওনু।

অহনবীঃ চপ চাব নুমিৎ, পুংকম পামই।

দেশঃ লাকইব পোৱলা তারিখকী অয়ুক চাকচামাং পুং ৯৷৷০ বোপ তাবদা উন্নসি। শাওগম্মু। ঙা চানবা লুপা ১ তং পাম্নখো।

অহনবীঃ ঐ হন্নুবগি মরল চাত্রে। তাংলব ঙা লৈবিনব নহা য়াম্না হোংলে খৈদেন্দা। (ফন্দুন চংখিব)

কিরণঃ অস্নুক ফজরিবী মুপীবু তাইবুঙোন খাম্নরুরিবু।

দেশঃ শরু চংনব্রাও, পাম্নখি্ব খাংদু কীজব্রাও?
(মপাশিং পরপ পরপ লাকুগ)

মপাঃ নমস্তে, নমস্তে।

(অতৈন নমস্তে ওকপ)

দেশঃ নামজারিগি দরখাস্ত ময়াম থাবিরুরব্রা—?

মপাঃ লোইন থাজরম্মে—।

দেশঃ শেলশিংদু শিংদোকপিনব করি উপায় তৌবিদৌরি—? মুপীমচাদু লাইরিক তম্ব লোইরগ ইনাক কৈরাক খুনব অমদা থাজরগ শিংগনি হায়ন তায়্ন অওইব্রা?

মপাঃ মুপীমচাদু টেষ্ট পরীক্ষা লোইরদ্দুনা খোকচররে। হয়েং ইনাক খুনব অমদ য়োল্লগ তাইবুঙোগি শেল শিংনব হায়গি লিশিংমাপলদুগি মথক্তা ২০ গুনব ১১ অম হাপ্পি-য়োনে, ফজন ইনরসি হায়গি শিংলরোই হায়ন মুংশাখীব-দুমু ফনব, শেল্দোইম্নু মতিক চান ফংবিব য়ানব।

দেশ: অওইত্রা কাগিরা ?

মপা: ওইদববু মহাজন্দা হায়ব ম্নাত্রা শেন্দোনববু, শামুন তান্নবদি ম্নারক্তা হোৎচিল্লু হায়ব পাউরৌ থাজব মীনি ননাওদি।

দেশ: হন্দক্কি করি কারবারগিনো—?

মপা: অতাং অতাওবন তম্নব স্কুল লিংখৎকে তৌবনি—।

দেশ: বাঃ! লৈবাক্তা শেবানিদো? হয়েংমুক ইলেল্লন্দা মায় পাক্লব— ?

মপা: শেল লোংথোক্লগ ভোটন অমদা থাদবতম্ব লৈবাক মচাংশিংন চানবিব পামজদে। লৈবাক্তা থবক্কি থনবিম্ন, ইচা তম্নব স্কুল লিংখৎচদৌরিবনি।

দেশ: নত্তে, স্কুল লিংখৎপগি কারবারসিবু শেল তোংত্রা, ভোট তোংত্রাও?

মপা: অনীমক তোংব য়াই, অনীমক মাংব য়াই। লিংখৎলিব মীহুগি, মচা থারকদৌরিব ভোট থাদদৌরিব প্রজাগি মবুকচেলদা পুরে। পঙলগ মাংনিংতাইনি, শিংলগ কান্ননিং-তাইনি। ঐগিসি মঃদামদা নচ্চদে। হোদোক্লব লুপা লিশীং ১১ দংদি থংবগি থংব ননাওবু চানবিরো।

দেশ: করি পোৎ থম্নতাই লৈবিরি— ?

মপা: ঐগি মমল থর শিংপ য়াব পোৎ হায়বু, ঐগি মুপী অমসুং ঐগি ইচামুপী অনীসি মতাইরে। ইপা ইচাবুদি মীন তাওই হায়বনিন লৌবিয়ু য়ারোই।

দেশ: করিনো তৌইহেদেদা!

মপাঃ ঐ খ্বাইগি মী নচ্চ:ল, অপাম্ব অম পম্নসি বেরা লৈতে। খানব মতম হেননদ—বস বেরা লৈতে, লৈবাক্তী সেবাগি —ভসি শিনি পাওজেন্দে, হয়েং শিনি পাওজাক্তে, মিংচৎ লৈহৌরগ লোইরে।

দেশঃ ঐবু ইবুঙো সেক্সপীয়ারগি শাইলোক্ত তাহনদৌরিব্রাও ?

মপাঃ শুক কুইন তাংবুঙোগি হিসাব শূত্নন লৈজরকইব ঐবু খাঙবিব্রবদি বেরা লৈতে তোকপিয়ু।

( শালবার, সার্ট, খোংউপ .........কেন শেৎ' পরপ পরপ লাক্তূন মুপীমচান মপা কোই।

মুপীঃ বাজি, সিনেমা য়েংব পুবিনি হায়বত্ন কৈদোরব ?

মপাঃ হৈমা ! নংগি নৌপরাগ চৎমিন্নব য়াব্রাও ?

মুপীঃ তাকুত্নবু কদায়ৰগি ............।

মপাঃ অত্নবু বাজিদি মীগি হিসাব শূব লাকইবনি।

মুপীঃ ছুটি লোব য়াব্রাও ঙসিদবো ?

দেশঃ নং বাজিস্নু খরক কায়দনবা ইপা থিনবিরমগে, লাকও ঐগ চৎসি।

মুপীঃ ঐদি অচোইপা য়াম্না চাগন থকল্লি, শেলবু কয়াম য়াওরিগে ?

দেশঃ ঐবু নং বাক্তন হেন্ন— ইনাক খুনব্রাও ? ( জেপুগী নোট ময়াম উৎপা ) লাক্ত লাওনে।

মুপীঃ থেঙ্ক য়ু, ঈশ্বরন তম্ব হায়ত্নি। মথুং তিংথোক্তূন মহাজনগী মথুং ওকপ ) ঐদি বাজি করি-করি পংলৈদা লৈহনগনি, নংন শিংজগদবনি।

মপাঃ নংন হেক ওস্মিবমখৈ শোৎহল্লু-লৈহল্লু, ইপান শিংবি।
চানা লৈশা মরীদাগবু হেন্ন পিজরোইনে— কুবেন মুক
ইনাক খুল্লবমু— ,

মুপীঃ ওসি খোংজগ ধংগনি। ঐবু লোবিরোকো— বাজি,
সীনেমা হোলদগি ( দেশবন্ধুদা ) মুংশা থীরব্রাও? পরপ
পরপ চৎসি লাকও। ( মখুৎ চিংহুন মাং থাব, দেশবন্ধুন
হয়াওন ওক ইন্নব— নোকক্নেৎ )

তোম্বঃ খুরা করিনো মুপীমচা অহুক চাওরগা থাদোকপিরিববো?
খুরাগি থবক্তু ওসিদি ঐ শূব্রহোংগে? ইন্নবিয়ু— চৎমিন্ন-
খ্রিব অহু মীশক ফত্তেদা—. শেলনবু—করিনো।

( মখুদাং তাখৎপ )

মপাঃ করিনো ইবুঙো, মপা মচাগুম্বনি, চৎমিন্নব কৈদৌবগে?
চিংনরগ নং থর ইন্নবিরু. ইপা নংগি থবক্তু শূবিরমগেদন?

তোম্বঃ ঐন ভাব ফত্তব তারব্রা!

কিরনঃ তাতোন স্কুল হায়রু শোইদন লিংখৎপিগে হায়রবদি,
শেলহুদি পুব য়ানিনে।

মপাঃ মহুদ য়াহল্লুনে ইবুঙো, নংগী খোংউপ অম লৈগে।

কিরনঃ দলিলদদি মান অপাম্ব মওংদ ইব তারেদো?

মপাঃ চেদিংদ সহি তৌহুন পীগে! মান অপাম্ব মওংদ ইক্কব
বেরা লৈতে। মাগী সহি শাহ্নন বেক্কতগী লোথোকউ
লোথোকে, ঐন শূব হিসাবতগী— লোথোকউ লোথোকে,
মতম-দদি চহী ১।২ পীয়ু-- ; স্কুলদদি শাব লোইহোগে।

কিরন: ঐ ম্নানব ভাংনগে লুপা কয়া পীনি ?

মপা: মহাজন্দগী ৫০ লৌ, ঐ ৫০ পীগে ।

কিরন: অহুদি চা থকউসি, থবক কোম্ন শূসি ;

(চৎখিম্নখিব)

(তোম্বন হিসাব শূহোব— মথন্দা কমহুন)

তোম্ব: নহাগী পুকচেল—, তুংগী ম্নাখলগ্ন খর য়েংন ভাংনবিমুকো তাকচবদি নত্তে । ঐন হায়রিসি কনান তাবিদোরিবনো ?

(য়েংবদ কনাম্নু উদবা)

# লৈশাবী চিঠিখেলা

## ১/৪

স্কুলগী লহীদ, অয়ুক পুং ১০।। তাবদ মপাশিং অমং অহনবী ম্নারী শাহুন লাকপ।

মপা: মনিপুরদ অকব স্কুল কোলেজ, জেনেরেল টেকনিকেল, জাং শুন লৈব পামই। মতুম নত্তন মূ্যজিক, দেন্স, ড্রামান-চিংব কলচরেল ইনস্টিট্যুসন, মথল মথল থাক থাকী—, লৈব তায় হায়বদি ম্নাবিনিংইদনা ?

অহুমবীঃ মসি য়াদব ওস্প্যাং নত্তে, অদুবু গোভমেণ্টন তাংত, তোটকী ওইন মদং পীবনদি ওইব য়াদে। লাইয়ব প্রজান শু লয়াই ওইন অফব স্কুল কোলেজ লিংখৎপ ওমদেদো।

মপাঃ ময়ায় লিংজেল মায়য়বদি ময়ামগি কায়গদব— ইনষ্টিট্যুসনবু করিগি লিংখৎপ ওমদদগে? ইনাকখুনব মী য়ায় লৈ, মতিক চাব ওবা ইবেম্মখোয়— পিকথয় লৈ ট্রেনিংনচিংব চৎলুয়ব; শেল লৈত্রবম্ থবক তৌবগুম ঐখোয় লৈজরি; গোভমেণ্ট ফক্তবগিদমক মনিপুরন চাওখৎপগি লবীদ পংতপ তপ্প চৎপগি মথৌ লৈতে। ইবেম্মাখোয়ন কো-ওপরেসন পীবিত্রিব করিগিনো?

অহনবীঃ হায়বদি শয়', অঙাং অঙাওবগি নিউ স্কুলদ ওবা ওইজৌ হায়বিদোরিব নত্রাও?

মপাঃ মানিনে ইবেম্মা চানবীয়নে, মনিপুরগি অঙাওব অঙাং মশীং য়াম্মে। মচুগ মতিক চান লাম্বা ওম্বা স্কুলদি মনিপুরদ অময়ম্ লিংখৎত্রে, Old model গি স্কুল তাক্তা শৌগ্রী হৌবগুম হৌহল্লেনে ইবেম্মা— ।

অহনবীঃ ঐদি এম, এ তম্বদ মীগি লুপা লিশীং ১/২ তোম্বিল্লে, ঐগি তোনখিব মহাজন হুয়ানবন ইয়ল শিংবিয় য়াত্রে। থবক তলব থয় য়ায় চাব অম নত্রবদি মীগি শেল শিংব কোয়য়োইদোরি। অঙম অথৌ থয়দ থবক নোম্মুবম্ লুপা লিশীং ১/২ পীয়ু নত্রগ ভোট ৪০০/৫০০ ইলেক্সন

খোম ঙমগত্র হংলকই। খণ্ডবেদ দাদা ঐবু — —।

মপাঃ ইবেম্মা লাইরিক হৈব মতিক চাব মীন শেল চংতুন ভোট খোমতুন থবক থিব হৌনব্রাও ? মহৈ থানদব শেলদ নীংব অঙম্বশিংগি সেবাদ পুন্সিগি খোংচৎ অত্তেনবসি মাংহনব পাম্মুব্রাও ? লৈবাক্তী অমোংপ ময়াম দিপার্টমেন্ট খুদিংদ লৈরিবসিদগি পোক্লকপ Germ ময়াম্ম মনিপুরসি লায়নাপুর ওইরে, মনিখোকফম ওইদ্রে। মীচং মীথাই নাম্নবদগি থংনবনা ঈ তানবন মতম থরগী মতুংদ ঈহিং নাইহিং খোবপ লৈবাক ওইরনি, ফিভম লৈরিবসিবু মনিপুরী মচান. জ্ঞ'ন তাতুন শেমদোক্লবা হোংনব্রবদি।

অহনবীঃ তলব পীবিগে পীবিযু পীবিরোই তোকপিম্মু, তশেংন অঙাংগি কননবা লিংব স্কুল ওইরবদি কারবারগি ওইন, তোটকি ওইন লিংব স্কুল নত্রবদি ঐ দাদাগি নিউ স্কুলদ চসিদগী ওঝা ওইজরে।

মপাঃ Thank you, ( খুং পায়নরগ ) Thank, you very much তলব ১৭৫ থাদ পিজনি, অচাং হাংনব স্কুল মাল্লবদি; অঙাং শেম্ব চম্মোয়দব স্কুল ওইরবদি, ইচিন ইপম্বা চংহুন স্কুলগি ফক্লাং কম্বমিম্নসি. হেক্তা মুথংলি— লৈবাকপু নমথাক তোব পামজদে ইশান ওকচব্রবম্ন, ইহৈ মাম্ন হৈজব্রবম্ন !

( চৎন চৎন বান্নী শাখি )

অহনবীঃ হাত্রবু কয়া গুরবগে ?

মপাঃ মণিপুরগি স্কুল ময়ামগি অংাং তঙখাইমুরু মমিং চনগে লাকই। স্কুল পিক্‌ন হুজিক্কি ছাত্র ফত্ত ফত্তবমখৈদ খন্দুন ৪৫০ রোম শুরে। মতিক চান পাশ ওইব অফব অঙাংস্ত্র য়ায় লাকই, ঐন লৌহন্দে।

অহনবীঃ অঙাংদি কমদোন খন্দন লৌবিবগে?

মপাঃ ওঝাগ লাওনব চৈনব, মমা মপাগ ফুনব ঙম্ব দিসিপ্লীন লৈতব অঙাংমখৈ লৌই, সিনেমা ফিল্ম খুদিংগি য়েংব, লাইব্রিক তুরানব অঙাং লৌই, লম্বীদা মচিন মোৎপ, ছাত্রী লক্লব মীগি য়ুমদা তেংপাক্ল থাব, খৎনগনব অঙাং লৌই...। অঙাং মমিং চনবদ হংগদব য়াহং পরেং, লৌগদব পরীক্ষা মরৌ ...... শেমত্নন লৈ।

অহনবীঃ মণিপুরগি নহারোল ছাত্রশিংসিদি অসিগুম্ব স্কুল ১০ মুক খমত্রবদি য়ারোইদোরি।

মপাঃ গোভর্মেণ্টন, প্রেজা ময়ায় ওক্নব মচা পোকপ মমা মপান জ্ঞান তারক্লব Model School ওইন শেম্বিয়ু, ভম্বিয়ু হায়জরিবনি। তুংদদি অ সগুম্ব স্কুল কয়া কয়া মমিৎ পাংলব মতমদ গোভরমেণ্টন লিংখৎলকর্খিনি।

অহনবীঃ ওঝাবু মশাং কয়া শুরবগে?

মপাঃ হুজিক্কি টবেম্মগ থান ৫ দা ডাইরি অতৈম্ব Paper দা Call তৌজখি। Trained নত্রগ experienced teacher ঙাক্ত লৌজনি।

অহনবীঃ ফিসতি হায়স্কুল অতৈদগী খর হেম্ন লৌবিয় কনি, শেলবু

য়াম্ল চংনিদা।

মপাঃ অঙাং শেম্ব স্কুলদ ওইহনবিয়ু, শেলবুদি খ্বাইদগী স্কুলদগী double পীজগে হায়রব মচা মুংশিব মমা মপা মণিপুরদা য়াম্ল লৈ হৈবেশ্মা। মশোয়ন কিস য়াম্ল হুম্লিংদবদি নাপী হৌদব লৈকংলাদা শনশেনবগুম, অঙাংশিংবু স্কুলদা কাদোক তাহল্লবদনি। খন্দুন য়েংবিয়ু আজকালগি স্কুলশিংসিব জেলখানা নত্রা ? অঙাংশিংগি ফুরিংথাও অমম্সুং মরাল মতুং ইম্ল এইট ফেল, নাইন ফেল, মেট্রিক ফেল — কাদোক খাব মতমদা।

হে ইশ্বর ! মণিপুরদা কৈদৌঙৈ অঙাংশেম্ব স্কুল মশিং য়াম্লগবা !

(চৎথিল্লখিব)

ক্লাশ নাইনগী ছাত্র তোমচৌ অমসুং টেনগি ছাত্র চাওব য়ারী শাহুন লাইরিক তম্ব কাম্মিল্লকপ। মকী নাম্ল শেংলী, লাইরিক খর খর পাম্লকই।

চাওবঃ ওসিদি থেংখে, মী অমত্তা উম্লরোই।

তোমচৌঃ মঙল ফত্রে, লাইরিক তম্ব কারগুসি।

চাওবঃ সিনেমাসু হৌখিরোই, ইমানীন মতম লেনগদবসি কদায়দনো ?

তোমচৌঃ সিনেমা য়েংনব পৈশাবু য়াওরকপ্রাও ?

এদি খর খর হনব লাইরিকমখৈ য়োন্দুন লোইখে।

চাওবঃ লাইরিক য়োন্দোশরুক য়াওশংগি কী লৈব মীয়াম তিনব দোকান্দা চৎলগ কী লৈশিল্লহুন হেম্ল তমসিন্নানহায় ?

তোমচোঃ অচুম করাল অক্ক কক্তুগি moral Sense বদ্ধক থব তারে শেল থোক্নিমগৈ ?

চাওবঃ ইপা ইমানস্থ শেল লৈন নৈ সংমাগি, হোটেলগি পাউদরগি চুকটকা এলাউএন্স পাগে হায়দ্রবদি চাওর চাওরব অতম্ব, সেক্রেটারী, জজ বাবুশিংন মস্তিক শিজিন্নহন লৈবাক্তা শেল চানগুম ঐখোয়স্ব ইহৈ শিজিন্নহন মতমগি চাওখৎপগি খোংথাংদা করিগি জগোই শাব য়াওরোগ ? স্কুলমচা নস্বু Moral Sense পুকান্নবগি মমাংদ লুপাশনা দেবাগি থৌজাল ফংনব পরবার কৌন কর্তা ?

তোমচোঃ অওইববুদি অওইবনে, লুপা শনা পায়ব মীবু লৈবাক্ক ইকায় খুম্নে, খুরুম্নে, মচামুপী কচ্চগে কোইতান তাম্নে। কদায়দগি পায়খিব লুপানে ? করম্ব খোংদাগি তৌখিব শনানো ? শনা লৈবাক্তা মণি লৈবাক্তা শনা থোকপ মণি থোকপ খোংবু কদায়দ লৈবগে ? অপওব মীচম প্রজাগি ফুরিংথাওব ফদি কা শেংপ চদৎনব প্রজাগি চাকথাওদা খোং লৈ। শনা থিবদ মণি তানবদা, লাইরবগি চাকথাও মেৎপন চাকথাও কায়রে, মউন তংলে, কংশিন্দুন শিরে।

চাওবঃ মাগি মাগি কা লুপকী ভোট য়াম্ন লোরুব হার চায়বদা বেরা তোব মীবু উচেক রয়াদোন কাপ্পুন মেৎতুন হাংনরে, য়াম্ন হায়নরি লৌবুক লৌবুক্তা। অসিগুম্ব মীরোলসি স্কুল কোলেজদ তম্বিরবদি ঐখোয়স্থ লায়ন পাশ ওইজনদবনি। কান্নদব মুত্তাইত্তব পারাতাক্ত ফাও হায়বছদদি করিগি কেন

ওইদদগে ? ( এক্সরসাইজ বুক ১ শাযদুন New School গি চাওশাংব ছাত্র হোংব শর পরপ লাকই। Good morning Sir, Good morning Sir হায়নৈ। )

তোমচৌ: ইতনা জলিদসে কোং ?

চাওব: লাইরিক তঙ্ব লৈথোকপ তোক্লত্ৰাও ?

হোংব: ঐ অনোব স্কুলদা অনৌব ছাত্ৰগি পুন্সি ১ হোংজরে।

তোমচৌ: How Sir ? Is that possible ?

হোংব: কাম্নরোই মিং চনবিরো। My dear থায় ঐখোয় জ্ঞান তারবন তঙ্ব য়াবা স্কুলনি। অভি অভি দুনিয়াদা কাম্নব, কাম্নগদব পারা ঙাক্তা থবক ওইন তমই।

চাওব: করি করি করম করম তঙ্বগে ?

হোংব: হায়দুন কাম্নদে ঐহাক Dear খোযগি তুং ইন্দুব Loan Hotel দা সানেংদ একাডা স্থানবদ ক্লাস শাম্নবদা, ছাত্ৰী চিংবদ, নংং চপ চাং ইং ভংদ্ব ছাং এমনি হায়ব, মখোয় স্কুলসিদা চংলৈগ ঐ মহোশাগি পুন্সিদু তম্লে। অনৌব ছাত্ৰগি অশেংব মতুংইব পুন্সিদু ঐ থেংনজরে। History, literature নুংইব কাম্নব থারাজাৎ, ড্রামা ওইন উৎতুন তাবং ভ্রিং, Geography, চংতুন কোয়দুন কাম্নগি মতেংন কুমৈ ওইন তমই, অকন থবক ওইন দোকান শঙদা, বেঙ্ক লিখংতুন হিসাব শুদুন, তাইবং- পান্দ থবক ওইনা পাংলিদুন হৈতব য়াদনব তম্ম্বি। ... হায়দুন কাম্নদে চাং য়েংবিরো মিং চল্লগ। য়াম্না মুঙাইথে

মখোয়গি লাইরিক মতম্‌সি কাংজৈবুংদ শায়ব চংগগুম সিনেমা য়েংব চংগ গুম মুডাই হায়রানি।

তোমচৌঃ অওইবনে হাংরিব য়াড়বো? ছাত্র খোম্বগি ভলব চারিব কাববার মমগি এ.চ টলাও?

হোংবঃ হাংতুন কায়'দ হু'জক চংতুন যেংমিন্নরুসি Dear

চাওবঃ 'মং চনগে হায়'রবমখে যাত্রাও? মী কয়া য়াম্মে ছাত্র লৌরিত্রাও?

হোংঃ মা ৪০০ হেল্লে, অনৌব কয়া লৌগ্রে ভারি, অঙ্গবু ভাকু শুন্দা তৌব ভব ওক্তব ছাত্র শাব হৈরবনি খর লৌখিনি হায়ন থাজৈ।

চাওবঃ করম হায়ন দাকু শানি?

হোংবঃ ইমায়ব ছাত্র অভাওবমখে মিং চনথুগ ঐখোয় খরকং মরুপ মপাংদগী তোখায়ন থম্বিরবনি ইমিং চনবিমু য়াত্রবদি ওঝা ফনি, স্কুল থংগাইনি হায়তুন নকি হেক্ত শেম্ম। হায় মিং চনব Gounda Committee গী member ঐখোয়ন No 1 শুন্দা Student নি হায়তুন Recommend তৌরক্লনি, অতুংগাদ মসি হায় - ঐখোয়গি decision ন final নি। স্কুল অনৌব সিংদি ঐখোয় power য়াম্ম লৈ, ইরা চংলিপোংনি। ঐন ভুসিদি ওঝা লাইবক ভম্ব ভল্লে লোংথি নোং মংলে,, চটি থা বরো football শায়গে মঙাম ভাবোক ওইহল্লু হাং দ Headmaster ন নোটিস ভত্তো তৌহুন ছাত্র পুম play ground দা হাজির। থাজমগ

মিং চন্দ্রিবৈদা নোংম নিনী কাহুন চাং য়েংউ লাও।

তোমচোঃ চংসি য়েংউসি।

হোং: পরূপ পরূপ চংসি ঐ খেংব য়াপোংনস্তে, Discipline officer ওইবগি chance লৈ, বৃত্তি ফংত্রা করিনো খংজি-পোংনি। লাও লাও—তনব য়াদে।

চাওবঃ (ভকুন খুদোম্বী থিনব মতুংদা)

( পরূপ পরূপ চংমিন্নখিব )

# লৈশাবী চিঠিখেলা

## ১/৫

ক্লাস টেনগি ছাত্র ময়াম কম্মি বেঞ্চতা। ওঝা অহনবীন লেকচর তৌরি, য়ারী শারি। পারাদি সেক্সপীয়ারগি হেম-লেটনি।

অহমবীঃ ( লেপ্তুন ) ওসিগি পারা সেক্সপিয়ারগি হেমলেটনি।

নখোই ক্লাস টেনগি ছাত্র অয়াম্বন চহি ২০গি মখা তাকনি

( অহাংৰ ছাত্র অমদা ) ইবুঙো নংবু চহি কয়া গুরে ?

ছাত্র ১ঃ ওঝাবু চহী ৩০ রোম গুজরে।

অহনবীঃ অদুদি নং দেনমার্কী যুবরাজ হেমলেটক লেংগানি। লাইরিক্তি মান থর ক্লেন্ন হৈব তাম্ব। ম্বারীসিগি মতাংদা কোলেজ তম্মি মাদি। মাবু—। কিলোসোকরনি ম্বাথলদা পংথল থম্বুব, থবক্তি কয়া ইচং থোদব আজকালগি লাইরিক হৈব বিএ, এমএশিংগ হায়রপ চাংদমনব য়াই। মাগি ম্বারীম্বি অয়াম্বন ফানরিনি নিংই নত্রা? ( খুদোম্বী থিন্দুন ছাত্র অমদা ) ইবুঙো নং হায়ু হেমলেটকী শিথ্রব মপাম্বি ভূতন মঙোম্মা করি তৌ হায়খি ?

ছাত্র ১ঃ মথূড়ান হু পীত্থন তুম্মিভৈদা হাংপনি, হ্ৰজিক নমাবু মহারাণী হাপ্পুন সিংহাসনদা ফম্মিব মী চীকপ লীন অদু মঙক লৈয়, লম্মন থূম্মু হায়রম্মি

অহনবীঃ হেমলেটন য়াথং অদু পাক ইনত্রা? করম তৌই— ? নং হায়ু ইবুঙো।

ছাত্র ২ঃ হেমলেটন য়াথং অদু থাদি থাজরগ কেটা পুথোকপ য়াদব শাক্কী লৈতব কেশ ওইবন, হেন্ন মরম চাব প্রমান ভাওশিন্নহন থি। নিংথোন মান ভাওবহ ওফেলিয়া মুংশি- বদগি ওইরমানে চিংনরম্মি, এদভাইজর পোলোনিয়াসন হজংপ মতুংইন্না। মমৈদা হেমলেটন মপাবুংদ হু পীত্থন হাংথিবগি ম্বাবীগ মান্নব লীলা ১ নিংথো মমাংদ উংথি। মহ ন্নেংব ভমদহুন হেমলেটকী ভাওশিন্নবগি মরম তাব তান্নব নিংথোন

কুম্মৈদগি লোইত্ৰিবগুদা চৎখি, হেমলেটনসু মখুড়াগি ময়াম্ব-দগি মপা হাৎপ শোইদ্রে হায়ন ভাব তাহোই। থবক্তা ইচং খোব ৱাৎপ হেমলেটন ৱাখলন থুমহৎতুন পাক হাৎতে হাৎনব খুদোংচাব ফংলবফাওব। মান সুম সুম য়ৈথোকই থবক কব নিংথৌন হেমলেটপু মীয়াম্পুসু খঙহন্দন লোইশিন্নব মথল মথা অয়াম্ব লাং থাকই।

অহনবীঃ মপান্দা মীবু খঙহন্দন য়েক্লব অনী'সিন অমন অমবু লোম লোইশিন্নব অওকপ লাসোংনি। অচুম অয়ান অফ কত্তগি ৱাখল লাংদ য়েংশিন্দুন মকোক ভাওরব হেমলেটন মখুয়ান থাকইব মপানগি লাংদা থুদনবসু কম হোৎনরম্মি। মপু-ক্লিংদ মুক্লব মচৎ অমসুং মাগি ৱাখল মতুংইন্ন মপান্দা মীচম অতৈবু খঙহন্দনা মখুড়াগ মুক্লবন অতোপ্প অমা। মুক্লব অসিদ লাইবক্ল করি ৱায়েলখি? কনা হায়ব ভম্মি? মীন কয়াম শিখি?

ছাত্র ৩ঃ ওফেলিয়াগি মপা হন্নব য়ুখল মকমদ পাউদাব এদভাই-জরবু নিংথৌ ওইরবোই নিংতুন হেমলেটন থাংন খিন্দুন হাৎখি। মপা শিবদগি হেমলেটন মুংশিজবী মপান হায়ব ইনবী ওফেলিয়া ভাওই, ঈশিংদ তাহনা শিখি। মতা চারতুন হেমলেটপু মরুপ ২ গ লোয়ননা দেনমার্কতগি ইংলেণ্ডা থায়, হাংলু য়োৎবগ হায়ব য়াথংগ লোয়নন চিঠিদা হাংলু ইসিন্নগ চিঠিদা হেমলেটন হন্নকই লম্বাদগি শিহোদে, নিপা ২মু হেমলেটকী মহুৎত শিখি। হন্নক্লগ ওফেলিয়াগি

মোংকমদা মবুংগ মোংনৈ হাংনগে তৌই। নিংথৌন থামছুন কোম্ব থাং হায়নহল্লি ভূ তৈব থাং লার্টেনস্থ পাম্নহন্দুন। লাইগি নোংদম লার্টেন শিখি, হেমলেটস্থ হু তৈব থাংন শোকখ্রে শিরনি তাক্লশি! নিংথোন হেমলেটত পীথকে থম হু হ'প্প মগী খংদুন মহারাণীন কুম্মে য়েংবদা থক্তুন শিখি। শিরমদাইদা হেমলেটন হু তৈব থাংন মথুড়া নিংথৌবু খিন্দুন হাংখি। থৌন্থ্রে, মরুপ হোরেলসিত্তবু মাপী রারী লিহৌ মতুং ইম্নক্তু হ'য়রম্মগ হেমলেট শিখি। অঙকপনি লাইগি নোংদম! *No. Biren meitei*

অহনবীঃ মীগি মচংতা লায়গি নোংদম্ব তোংদুন করি থোকপগে তাইবংপান্দা হাযবস্থ সেক্সপিয়ারন অঙকপ কংন ফজন উৎহলশি মসি মাগি কলমদগি থোকপ মুৎপ নাইররোইদব, পূক্লিংদা মতম পূন্নমক্তা নৌদুন লৈপদব রারীনি।

ছাত্র৪ঃ হুজিক হিংলিব ঐখোংদা রারী অসি রারী ওইবদগি হেম্ন করি থোইন কাম্নরিবগে?

ঐখোয় থুড়ান ইপা নিংথৌ হাংলগ ইমাবু লুহোংদুন মহারাণী হাপ্পস্থ চৎনম্রে। হুজিক ঐখোয়গি পুক্লিদা য়াম্না কাম্নরিব হেমলেটকী রারীনি হায়ব য়ারিব্রাও ওঝা ইবেম্মা?

( মদাম নোকপা )

অহনবীঃ ওর্দার প্লীজ! ওঝাদা হায়যু, ইবেম্মা হাম্নরক্তু। রারীসি য়াম্না কাম্নরি। ভারতকী মতম অসিদা হেমলেটকী দশাদু হাম্নরপ মাম্নন ফংব মী য়াওরি, য়াওব য়াই। দেনমার্ক

যুবরাজ হেমলেটকী পুন্সি যুম্ন থংবন মনিপুরগি হেমলেটকী পুন্সিদ য়াম্না কান্নব য়াই ।

ছাত্র১: ভারতকী হেমলেট অমুক্তা য়েংজগে ?

অহনবী: অদুদি লীলা মতেক ওইন য়েংলসি, হন্দোকসি ঐখোয় এক্টর এন্দ এক্ট্রেশ, রেদী প্লীজ । ভারতকী হেমলেট —

( লাওরম্ব, ময়াম পুথোকখিব )

# কৈশাবী চিঠিখেলা

## ১/৬

কোলেজ ছাত্রগি হোষ্টেল

য়ুমগি কা অমদা গান্ধী, বোস, টিকেন্দ্রজিৎ, পাওনাগি ফোটো অচৌব থেৎলি। অহিং অথেংবনি থাংমৈ মুৎলি মুৎলি থাল্লি ।

ছাত্রঃ নংবু থুৎ হৎতুন কৌথোকপগুম তৌই ।

হেমলেটঃ অদুদি করি'গনো ? ঐখোয়ন তুমজিনৈদা অসাই ভারতকী অমসুং মমিপুরগি স্বাধিনতাগি বাখিবশিংগি মরমদা বারী শাকহুন তৌব তায় ।

ছাত্রঃ মগু নত্তে, ভূত থোক্লপনিদন !

হেম: নথোয় হন্দোকউ, বাপুজীন ঐবু কৌরি, চীক হা হায়গে হায়রি — ঐবু থুৎ হত্তুন কৌথোকই ! ( অনীম থক

থক নির মখুৎ পাম্বচুন থাম্মগ।

১ঃ চৎখিম্নু মিষ্টর হেমলেট।

২ঃ ভূতনি চৎখিগনু, তম্নব লাইন শাহ্নন কৌথোকপ ওইব য়াই।

হেঃ ঐ উম্নচুন য়ারী শাগনি Unhand me gentlemen

( মখুৎ কাব কহ্বোক্লুন ভাবন উব ভূতকি মনাক্ত তম্ন কীরপ্ন চংশিনব' ওরূপ অনীন ক'হ্লুন মতুং হন্দুন থোকখি ) করিনো, বাপুজী ন...া করি তাকপিনিংবা ?

বাপুজীঃ ( আকাশ বাণী ওইনা ) — মণিপুর, ভারতকী মনুং-চনব লৈবাকনি। ভারত্ন মনিংতম্বা ফংলবদা মনিপুরন লোয়চনব লৈবাক্নুম লৈবদা মতিক ওক্তে। প্রজাপুম্নমক্কি অশেংব মীহুৎন লৈবাক ভাকদবনি। অতুদদা লৈব'কী অর অনা লৈত লাইর কোক্নদবনি। প্রজাবাজ পুরক্নব হোৎনবদ দেশভক্ত লখা লখা শিখে্‌। প্রজারাজ পাম্ব। নিংথৌ নপা ঐবুম্ন ফত্রব লীন corruptionনা চীক্নুন চাৎলে অতুগুম্ব লীন corruption না মনিপুরগি বায়েন খুর্জী পায়রে। ফত্রব লীন্ন লৈবাক ব্রায়েনগি পাউতাক পীরে। পঙলবী নম্বাশিংবু শনা লুপা', হুয়াউ কুম্মৈ উহল্লগ মহারানী হাপখে্‌। নপা হাৎপগি প্রজাগি মনিংমথা ওম্ব মাংহনবগি লম্মন খুম্মু। অহিংসাগি থাংশাং পায়থৎলু। নথুরা লীন corruption গি ধারাদা লম্মম খুম্মু, অপঙবী নমাবুদি থীন তৌবিগনু। লম্মন খুম্ব, নথোয়গি নথৌনি —

Adieu, Adieu! Hamlet, remember me,

হেমলেট: "O Heaven, O earth!

Remember thee! yea, from the table of my memory, I will wipe away all trivial fond records ...... and thy commandment all alone shall live within the book and volume of my brain, unmixed with baser matters, yes, by heaven!

হে ভগবান, হে তাইবংপান!

বাপুজীবু চিংশিংবা! শোইদনমক, ঐগি নিংশিং লাইয়ুমদগি লোইন মুখৎলগনি পামজন য়োকউব অরেম্ব পুম্নমক, নংগি য়াথংমক অমোংপ অতৈ অমত্তগ তিম্নহল্লন, ঐগি থোপকি লাইরিক অমম্মুং লমথনগি মমুংদ চিংহুন লৈগনি। অশেংবমক্লি ঈশ্বরন শাক্ষী ওইবিশ্ব।

মাং তাক্রবগি মশক ওইরবী মুপী।

"Frailty, thy name is woman! নবুক য়াংব, নংগি নমিংদি মুপী কৌই। মোমোন মোমোন নোকপ, নোক্ক নোক্ক অমোংপ গর্ভদ পুবী!

ছাত্র ১ (লাক্লগ): কবি তাক্লম্মি শাম্ভিজিন, dear Hamlet

হেম: তাকথোক্লোহ হায়ন য়াশক্তবদি, ওাসিগি বাকমসি হায়দোকপ য়াম্রি মরূপ।

ছা ১,২: ঈশ্বরন সাক্ষী, করিমত তাকথোক্লোই।

হেমঃ হোরেশিও। নখোয় ঐখোয়ন লাম্ব কংত্রব ব্রাখল কয়া কয়া স্বর্গদ অমদি ত.ইবংপান্দ লৈরম্মে। "The time is out of joi t: O cursed spite; that ever I was born to set it right. নতম অসি মতাংদগি নাম্থোক্লে, খন্দ্রন য়েংউ ভারতকী মণিপুর, হুজিক অমোৎপগি অমোৎপ ভাক্ত, ভস্মগ শে·দোকউ হায়দুন নহারোলশিংদ শীংনরকইব!

"To be or not to be. that is the question হিংব নত্রগ শিবগি ব্রাহং! প্রজাশি ফংকম থোকপ অধিকার মাংখিবগি পোৎলুম পোদ্ধন খাংবন লেম্মিব্রা, বাবু ওইদুন তলব চাব, নত্রগ মতিকগাব থুংলাই পাব্রদুন খুদোংথীবগি সমুদ্রগ লাম্ব' তৌব। হেলদ চংব, নোংমৈ মমাংদ আন্দোলন। ব্রাখল তৌখিসি মরুপশা—। অতাওব শারবদি?

ছাত্র ১ঃ ব্রাখন্ত পংতৌ তৌ, থবক্কদি খুংথাদ, হেমলেটকি নশাহু—

ছাত্র ২ঃ মহুনি. লাইরিক হৈব অতনব হায়ন ঐখোয়বু অহল লমম্ন লক্লরিবগি মরম।

( ছাত্র অনীহু চংখি, হন্নুব অমন মচাম্বুপী Opheliar শাবী থাজিল্লম্মগ লোম্ন পাউ তাখি )

ওকেঃ প্রজাবাজগি মঙাইবুংঙো। হন্দক মরকশি করম তৌরিবগে?

হেমঃ নিংথিজরবী ওফেলিয়া, I humbly thank you, well, well—well ( ভাওশিন্নৈ )

ওকেঃ ইবুংঙোন পীবিখিব নিংশিং খুদোনশিংদু হন্দোকচগে লাকচবনি। চানবিদুন লৌশিনবিয়ো। (চিঠী ময়োম অমদি বেগ অম পী)

হেমঃ ওয়রে, ঐ নত্তে, ঐ নংোন্দ করিগুম্ব অমত্ত পীখিদে।

ওকেঃ ইকাইখুম্নরব ইবুংঙোন পীবিখি অশেংবনি, মনম মুংশিরব বাহৈন মমল খ্রামহনবিদুন। মনম্শিংদু মাংখ্রবনিন লৌশিন-বিয়ো মখোয়সি, ইবুংঙোন থোজাল মীৎয়েং তাবিজ্রবনিন মমল লৈত্রে পোৎশিংসিগি।

হেমঃ নংবু নবুক শেংলিত্রাও? হা হা হা হা ......।

ওকেঃ (মুংশা খীন) ঐগি মবুংঙো।

হেমঃ নচৎতু ফজরিত্রাও?

ওকেঃ করি তাকপিরিবনো মবুংঙো।?

হেমঃ নংন নবুক শেংলবদ, লান্দ্রবদি—মীন ইকিনব খ্রায়োই-দবনি।

ওকেঃ ফজবন পুকচেল শেংবদগি হেন্ন মমল কাব্রনে মবুংঙো?

হেমঃ নবুক শেংদবগি প্রমান উয়ে নঙোন্দ, ঐ নংবু মুংশিরম্মি মতম অমদ।

ওকেঃ মতুম্ন খাজহনবিরম্মি ননাইবু।

হেমঃ খাজরমদব ফৈ, ঐ নংবু মুংশিত্রে।

ওকেঃ ননাইবু নমথাক তৌবিয়ে মবুংঙোন।

হেমঃ কায়রোই নং লাইনিংবী ওইখ্রে, মবুক শেংদব মী পোক্কব হিংলদু। ঐবুসু ইমান পোকপিরমত্রবদি ফরমগদবনি।

নখোয়গি বাজি লৈহৌব্রা ?

ওকে: য়ুমদ লৈহৌই ইবুংঙো।

হেম: বাজিচু ইমুংদ থোঙ লোনশিল্লগ থম্মু, মপান্দ থোক্নুন পঙলুদনব।

ওকে: হে ঈশ্বর! ঐগি ইবুংঙোবু জ্ঞান তাহনবিয়ু।

হেম: জ্ঞান তাব্রিবদি নংন, হন্নবন হায়ব ইনাব। ইভৌ য়েংউচো হায়চুন সরকারন থারকপ স্প্যাই করিগি শাররি ? প্রজা ময়ামগি ফংব অমোংপ শেংদোকপদ ইতেং পাংগেদি হায়দন করিগি তনব থরগিদমক ওফেলিয়া শারি ?

ওকে: ঙাওবিরমু, spy শাজরোই, নতুং ইঙ্গগে।

হেম: নং চৎলো, মণিপুরগি সনা পাম্বী, অঙ্গবু ঙমী মমাচু থাজিন্নবউ।

(ওফেলিয়া চংখ্রগ অহনবীন লিক য়ায় শি, ফিজেৎন লৈমশিজ মায়, গর্টু্দ শাচুন লাকই)

হেম: কেৎশিনবিরকসি ইমা, মহারাণী শানীংবী। ঙরাংদ ঙায়রি বাপুজীন লৈখিদব, অচুক থুন কাউব জাতিশি পস্থৌবু ? কদায় স্বাধীনতা! কদায় প্রজারাজ! ইমাদি শেল চানিংবন, সনা লুপা পাম্বন লৈবাক্তী কায়বদদি নমিৎ তাংলে। কায়ত্রব নমীৎতু কোৎলগে কদায়। অঙম অথোগি মুপী ওইচুন লৈরগ নাইরব প্রজাবু ওৎ-নৈনব নিংথৌ মন্ত্রী। অঙম্নশিংদ করিগি ইন্সিল্লি ? লৈবাকি ওইব ওইথকতা চু কামশিল্লিব লিনগি মথরাই মেৎপ তায়, ইমা

অপঙবী। নংগিস্থ নথরাই লৌবিরোরা ঘুংঙাইব পাম্বী ?

অহনবীঃ ওঃ হেমলেট! ইমাগি ইবুংঙো, নংন থমোই অ'সবু অনীথোক চিংথায়হল্লে। নপাবুং ক্লাউদিয়শ, লেপ্পাব কাংবুগি মীচংবু চংগত্রা, প্রজা নুংশিব ইচাশিংগি মীচংবু ওইগত্রা ? ইমাগি থমোই মচেৎ অনী তান কায়রে। আঃ!

হেমঃ ফত্তব মচেৎতু লংথোকখে্রা ইমা, অফব মচেৎতুগ লোইনন লেংন হিংলো লৈবাক ঘুংঙাইনব।

অহনবীঃ ঘুংশিরব মহারেংক গিদমক শেল চাব য়াওররোই, নপাবুংদ ইত্তিররোই, য়া লোম্মরোই, অমোৎপ থবক্ত খুং থাহররোই। লাইরব প্রজাশিংগ চেং চেংপাক, লৌনিন শেল, য়াথোক শেল চারবদগি পুক্লুংদ নোং ঘুংশিং অকনব শিংলে। চদংনরব চাকখাও কয়াগি সমুদ্র নৈবদ থোকপ সনা পরেং ওকশমদ শিত্নুন ভুম্বদ—অহিং লৌন ওইন থোরক মঙলাক্লদোরে। নহানরাই ইমান ইনশিনখিবদু হৌজিক ভোক্লগে, নহাকপু হেমলেটকুম নৌন শি.দাকখিম্ব, প্রজা-শিংবু জ্ঞান তাহল্লমখো।

হেমঃ Thank you, Mother.

লীলা মতেকাসিদি লোইজরে।

( ছাত্র ময়াম্ন খ্বাক খুরকই )

০ ০

# লৈশাবী চিঠিখেলা

## ২/১

মপাগি য়ুম, মুমিদাংবাই গাঙ্গোন্দা মুপামচা অমসুং মুপীমচা ব্রোচেস অমমম উপ,সার্ট অপাব মুগাগি অমমম লিং, সুইটরন মখক্তা নম, খাংশাং অমমম পায়দুন হায়নরি, খিন্নরি, চোংনরি লান্দা লান থেংনবগুম। অমনম্ব ওমদে, অমনম্ব মাযর্থদে। হুমাংন পুমচোং চোংনরে হনব লৈতে।

মমাঃ (ইমুংদ হল্লকপদা) করিনো নচিন নৌপবা চানন শিনবগে হংমরব্রাও? তোক্লো ওক্লেদন? (খামগে ভোব)

মুপাঃ ইমা হন্দোকউ খাংন শাকচনিকো

মুপীঃ ইমা খামগনু মসি অঙাংসি য়াম্ন উশিংতে।

মমাঃ নপা লাক্লেহায়, চৈজরনি।

(মচিন মমাও ভোক্লব)

মুপাঃ লাইরিক্তবু নংন খর হেজবনি, পুং ইশেম্ব তাম্নে, মং শকও ঐ পুং ম্লৈবিগে হাংভোকাপগে?

তুপীঃ মসি অঙাংসি মচিন কয়া থীরিবনো। নংদি তান চান টবলা য়ৈববু ওন্মোইনে।

তুপাঃ লাও চাং য়েংনঙসি।

তুপীঃ য়েংনদঙে। ( চৎমিন্নখিব )

( মপা চংলকপা চিন্তা তৌহুনা )

মপাঃ কদায় চৎখে অচাং অনীদে ?

মমাঃ তুজিক্তা থাং অমমম পায়হুন হাংনগে তৌরম্বদগি থামদো-ক্তুন ইশৈ টবলা তান্নি হায়হুন লাইরিকশংলোমদ চৎখে।

মপাঃ থাংদি কনান লাকচৈ ? তুপী মচান খর লাকচরিনি ?

মমাঃ কনান লাকচরুগননো তাকু অসিবে, লাইরিক্তদনি মান খর শোৎথব। নত্তে অঙাংগি মতৌ য়েংবদ ঐখোয়বু পুক থনব ম্বাগদোরিব্রাও—য়ুমসি চানন পান্নব য়ারব্রাও ?

( কক থারি হিদাকপু তোংজৈ লৈ, মপান চংহুন কম্মি জ্ঞান তাদন হিদাক থকই। )

মপাঃ ব্রাখল তৌনসি নংস্ক মোড়াহুদা ইংন কম্মু। নখোয় নপাম লোমদগি শেনসিবু লুপা লিশীং ২ দা ফাওব পুব কংলোইদ্রা ?

মমাঃ ইপামলোমদদি ঐ লাকপ উবদা তুপীমচা ফাওব মতুংগি লিক মখুত্তগি খুদোপ লোখোক্তুন লোংনরেনা, ঐন উরগ ব্রাইহুন বক্কক চৎখিনি হায়ব কীনহুনা।

মপাঃ হোয়রনে তুপী হায়ব জাৎসি মণিপুরগিদি পাঙখেরে। মতুংদা

মথুৎতা ইংনব লুম্নব শিদৌশ্রুক্তা কান্নব থবক্ত শিজিন্নবিগে য়াত্রিবনিনে। স্কুল শাবগি বিলন সত্য, চেক্কী থৌজিল্লক, উগি থৌজিল্লক, মিস্ত্রিগি, কুলিগি মরোল ষম থৌজিল্লক, থাংব ঙমদে হায়, য়াওশংগি কাম্নুনবশুম। য়াওশং হায়সি মুংদি মুংঙাইদ –

মমা: মহাক্কগি পূনি হায়হৃদি কমদৌনরবা?

মপা: করি পোৎ বন্ধক থমনিঙাই লৈরিবগে হংঙে।

মমা: তুরেল অচৌবগ লাইমতোন ফোকংবগ মোনগে হায়রম্মি।

মপা: মতুশুং পোৎত পাম্বিপোং নত্তে। ঐন মমল য়াম্ব মাল হায়বু মুপীমগা লৈশাবা অমগ মৌ নহা অমগ লৈ হায়রে।

মমা: অদুদ মান করি হায়?

মপা: ঐখোয় মুপীমচাসে মা থর পামই।

মমা: অদুননিনে অহনবীন মাবু থায়নবিরিব। শক্তা হনুবহুন ইচা লৈশাবীকা পাম্বিবোইরেসে! নহান মান, সিনেমা য়েংমিন্নকং হল্লকপদ, থোঙ মোজাকা য়াম্না লৈবিরকই হায়-দুদি মাদি ভাব ঙম থঙাইরোইরে?

মপা: নচা মুপী পামদ্রবদি নংবু পামই হয়গত্রাও ঐগি ইমাংদ, মকোক অরোম্ব অদুমা কীন বার্তন তৌরক্রাও?

মমা: নমাম্নবন বিএ পাস তৌবগ থবক অচৌ অচৌব তৌদুন মুপী ফাওব মগমদ ফম্ন ফম্ন অফিস লিংনরে, কংলরিব শেল থুম, লুপা শনা, ঙা চাক, বাবুনী মথৈ মঙক্তা শনান থোম্বদ মখাং কোম্নরে। বি,এ পাস তৌহৌত্রবন্থ

অঙম অথৌ পিকথন্ন, মরুপ মপাং মৈ খল্লগা চেং থাব, ফী লংগি কারবার, লৌনৌ নিনব, ঠিক: তৌব, কো-ওপ-রেটিভ লিংখৎপ, থর য়াওরবদবু মীগি শেল তোনগত্রাও? নহৈস্ন হৈতা, নরৌশিংস্ন মৈতা, মানপ্পস্ন হৈনদা, শেল তানগেদি হায়দন, চাদিংদ তৌবনদি মৈবাক্কী সেবা তৌব ওম্বদি হায়রুনু নচা লাইরিক তমহনবফাও ওম্মরোই। ঐন ফীরোল শাঙুন, থবক থর থর তেক তেক শ্বনদি, চাবদগী হেন্ন কোন্নপোং নত্তে, শেন্দোং অয়াম্ব, লং য়োনব কাংবুন লৌহৌরবনিনা। মৈবাকসি মুপী ঐখোয়গুম চোংথোক্কুন ঠীকাদ ঙাক্লগে, ময়াম মুঙাইহনগে, নিপামথৈন হৈত্রবদি হায়ব তারিয়ে।

মপা: শেল মৈতব ঐখোয়সি পঙইদ: সত্য। মৈবাক্কী অফব ফত্তব, অচুম অরাল, ধর্ম্ম কর্ম্ম, হৌনব হৌনদব য়েংইগুদা লাইরহৌইদা সত্য, পংথেদা! ঐদি পঙবগি লাইরজরগে, ওাইখো, নং অত্তুক শিংবান শেল চাব ফংলোইদব, মী নপ্প হৈতব মৈবাকপু নমথাক তৌব ওমদব, হুরানব লৌনম্ব বিশ্বাম ঘাতক, মৈবাক য়োনব পাস তৌদব ঐগোন্দা কমদোন নয়ুম পাম্নকইবনো ইবেম্মা?

মমা: অহল্লমম্ন পঙদুন লমচং ফজব, মৈবাক নিংব. হৌনব খঙব ব্যবহার ফজব, দেশ সেবা তৌনিংব মী খন্দুন, মচা থাজবদগি শোইখিবনি। ঐগি ইচাম্নুপী অম মৈঙ্গরিবসিদি মুংথিল পোহোপ্ত মৈবাক্কী কুরিংখাও চম্ন ওব মীতা খন্দুন থাজবতারি।

মপাঃ শেল অমুক তান্দ্রবম্বু, পৈচ্চন লৈরব মহাজন হমুবসিদা, থাজরসিরা য়োঙ্গসিরা ?

মমাঃ ফাগি ফাগিদগি মীন বদনাম তৌখিনি, অহুগুম্ব য়াম্ব ফাগিকা তৌনবিরুম্বকো।

( মুপা-চা পরপ পরপ লাক্লগ )

মুপীঃ বাজিবু সবজান্তান কোম্বোংদা ভাইহৌরি।

মপাঃ সবজান্তা হায়বু কনানো ?

মুপীঃ হেরা হমুব মহাজনগি মেনেজারবু খংদ্রাও ?

মপাঃ ওঃ কিরণসিং ! কবিগি ওইরিনি. শেল পীগে হায়রিব্রা ?

( পরপ পরপ চংখিব )

মমাঃ মুপীমচা নংবু নপান মহাজন্দা য়োল্লনি হায়গুম তৌবনি হায়।

মুপাঃ প্যাকনিনে ইমা মহুদে। হু পিজহুন থোক হাংতোক্লগ মরল মম্বামহ ঐখোয়গি ওইনবা।

মমাঃ হায় তৌইহেদে। মুপীমচান অহুগুম্ব ধর্ম্মবু !

মুপীঃ হমুব মান লৈশাবা পাম্বদ তৌইহরগ, লৈশাবীন মাবু হাংতোকপাদ থারগি তৌইহেরোই ইমা।

মমাঃ ইচাবুদি মফম রাং; ওমার চাউবদ থাজবিনিদ।

মুপীঃ মহুম্ব কৈ ইমা লৈবাক্কা মাংনব মখোয়ন অরোনব থবক হেক তৌবদ ঐন সাক্ষী ওইহুন মম্বাম মমাংদা খোংগোইনব য়ানি।

মমাঃ ইমাসি মখোয়বু ইকাইব খংই হায়বু তাদেদা !

মুপীঃ ফন মুহাইহুনমু ইকাইব খংদব মীদদি ইমা ঐ য়ুম থাজরোই

হায়, হায়দে হায়নি।

মমা: নং হয়েং, গৌহাটিদা চৎনব নপোং নচৈ মোম্ব লোইরবাও?

দুপী: চৎনব খরচপু বাজিন পীদ্রি লৈদৌরিব্রাও?

মমা: করিনো ইমা লৈরি চৎতব য়াপোংলাও? লাকও—

(ইমুংদা চংমিন্নখিব)

# লৈশাবী চিঠিখেলা

## ২/২

মুমিদাং য়াইরম, লম্বীদা—

(মী চাইব ওইন তোম্ব অমসুং দেশবন্ধু য়ারী শারি।)

তোম্ব: খুড়াইবুডোন ইনাকখুনবদা মিং চৎখি বসি, লাইবক্তরা নোম্ব কনবনরা?

দেশ: নোম্ব তনব কাংবুন; তনবদগি নংই হায়খিনি ইকাইহুন, লাইবক্তা অয়াম্ব তায়নশিনবনি, নোম্বন অয়াম্বনি, লাইবক্তি খিৎতনি।

তোম্বঃ করি য়াথলন মীবু থবক খ্বায়দগি কয় নোঙহনবগে ? শেল, মুংশিব, মিংচৎ, করম্বন খ্বায়দাগি অকব ত্রাইভরনো ?

দেশঃ মুংশিবন খ্বাইদগি মপাঙল কল্লি। দেশবন্ধু হায়ব ঐগি মিংসিগ, থবক চানব মায়ব ভাং তৌবদা ঐ য়াম্না য়াই। মুয় থিরুরবদি ঐদি মিংচৎ পামদে। মিংচৎক শেলগ মরূপ কৃইন ওইব য়াদে। মিংচৎপুদি ঐদি শেলন চেন্না পাম্বই, অদুদি শলদি কেদৌনবত্নো হায়নি ? মী তাকথোক-নুকো, শেলন মুংশিব লৈব ফংবনে। মুংশিবগ শেলগ চায়ব মরয়, মুংশিবন নোঙ্ম মথল খুদিংগি তাকাদয়নি। ইমাক খুদিংলবদি য়াম্না মুংশিয়ু, নহে হৈদিংলবদি কয় মুংশিয়ু; মুংশিবগি মতিক নোম্মু।

তোম্বঃ খুরা ইবুংঙোন শেল অদুক লৈবিরগ, মশকনু ফজবী, লাইরিকনু হৈবী, ইন্দোল ইবেম্মবু থায়নরিব করিগিনো ?

দেশঃ ইরল য়াম্না লৈবাগ হৌনবানিনে খপত্তব। মঙোন্দগি হেনবী নহা লৌব ওয়ব অসুক য়ান শেল তাম্নুরিব নত্রাও ? ফজবী মহৈ হৈবী নহা পামদ্রবদি ঐন সুক য়ান শেল তাম্নবগি অথবু করিনো ? মথোয় লাক্লে, চৎলো কিদ্রে, নংগি থবক চৎচক্কুরো।

( কিরণ অমম্বং মপা মহাজনগ উননবদ নমস্তে তৌনব )

দেশঃ দজিলগি য়াদু নচিন্ননাও য়ানবত্রা ?

মপাঃ তাইবুঙো ঐগদি বেরা লৈতে, খোঙদ পুনবিগেরা; ওকশমদ পুনবিগেরা অপাম্ব মফমদ পুনবিয়ু; কাবিনিংব মুমিংতা

ঐবু ফাবিব য়ানব দলিল শেম্বিয়ু-শেলদি পয়প-পরপ পীবিরো, ঐ ভাওরে। স্কুল শাবগি মরোল অম, হায়ম তোল্লুবগি মরোল অম, মসি পুন্নমক লায়বু লায়রি, মুপীমচাহ্ন হয়েং লোহাটিদ চংকদবনি লুপা ৫০০ পূহ্নন, পৈশা ৪ ফাওব ঐদি পায়ত্রে।

দেশঃ কেশবুকগি ঐ খওদবগি ভাবত শিজিন্নরোনে—য়ানরিমখৈ য়ানব, পুকচেল তিন্নরক্ত্রব, মুংশিনরক্ত্রব মতমদ, ভৌনিংব তৌনবদ শাওনবদি য়াদেদো ?

মপাঃ বস মহ্নমক্তি ঐন পামজব, শেল হুজিক পায়জব য়ারম্রা ?

দেশঃ হুজিক্তি কদায় য়াওরক্রগে, হয়েং অয়ুক বেঙ্কতগি ঐগি সহি শাহ্নন হেক্ত উইথত্রো তৌরোনে, লিশীং ১১ অমগা ২০ শুনব।

মপাঃ Thank you, Thank you, very much,

দেশঃ ঐখোয়দি মতা অমনে, মুংবু মুংশিনরবদি ইয়া য়াবজাংনে। ঐভোন্দ মুংশিনব কায়নব থবক তৌরকনো, ঐ লিকচয়বমু থবাইন য়াব মফমদদি শেলাগ বেরা লৈতে, য়াদ খওনসি. খিৎতদ ভাব তানসে!

( কিরন্না মণ্ডক হায়হ্নন য়াবগি ভাবতা তাব, মপান খিৎতং চিংনর্ব )

মপাঃ মুপীমচান হয়েং অয়ুক ভন্তা চৎচখিনব ৫০০দংদি মুমদগি।

দেশঃ হে! মুপীমচাগি লাইরিক তম্নবাগদি লৈনি, য়ুমদ চৎসি লাকও।

মপাঃ নহান খোংমোজাকা সাবাম লম্লকা লৈবি।
হায়ত্তুন মুপীমচান হরাওজবনা ...... ..।
( হরাও হয়াও চংমিন্নথিব )

# লৈশাবী চিঠীখেলা

## ২/৩

গৌহাটি মণিপুরী বস্তি, মণিপুরী ষ্টুডেণ্টস হোষ্টেল, থুংথিল মুমিদাংবাই পুং ৫॥. তাবদা, অয়াম্ব ছাত্রন রাকোং চংনখ্রে. সিনেমা য়েংনখে, মেনেজার রতনসিংদি হিসাব শুত্তুন মথন্দা মাগি কাদ কমই। মেজ ১ লাইরিক মরাম মথক্তা লুন নাম্ন হাপ্তুনলৈ, চৌকী মচা ৩ লৈ, অমদ মহাক কমই। অকাওব মী খরগি ফোটো ককলাংদ থেংজি সীনেমাগি ফিল্ম ষ্টারগি লাইদি অমতা মাওদে। হিসাব শুরবদগি মী কোইয়েং য়েংলম্লগ, ফুরিংথাওদগি মুপীমচাগি ফোটো পুথোক্ত নয়েংই। মপান্দগি মুপীমচান হংলকই—

মুপী: মুম সিবু মী অমত্তা লৈত্রব্রাও ?

রতন: ( হোগৎতুন তরাম তরাম ) লেংশিনবিরকও. লেংশিন-বিরকও, মী অমত্তং লৈঝেয়ে।

মুপী: অমত্তা লৈ হায়বসি চংদো কিয়েদা।

রতন: থাজবিরবদি ঐ কৈদ্রু নচ্ছদে, নোংশাদ্রু নচ্ছদে।

মুপী: মহুবুদি উরিবনিন থাজৈ, ঐন কিরিবদি উদব পুক্লিংন মুংশাথীবিরমগদবত্নুনি।

রতন: করিগি মুংশাথীদৌরিব, I am a free man পরীক্ষান ফাদোক থারিব।

মুপী: ছাত্র অতৈ লৈত্রিবৈদ ঐন লাইরিকসি থিনব লাকইবসি অমহুম উরবদি শাওথিব মাই হায়দুন মুংশাথিবিরাও ?

রতন: You mean Miss Ophelia„ I see ?

মুপী: Yes my lord prince Hamlet,

রতন: মহুদগি হেন্ন অচুম্বদগি লাপ্ল বা লৈত্রে শকহেনবি।

মুপী: এক্সকুজ মী, ঐ শকহেনবা নচ্ছদে, ইমিং মুপীমচা কৌই। থায়থবিরো।

রতন: মীন পংত্তাং ভাংনবিব জাংনি, ঐ মিগ ওকেলিয়াগি জেলদা ফাদোক তাজত্রি, কেশ ফাওব লোইত্রি।

মুপী: অত্তুদি পুকচেল শেংন হায়বিব ওমগত্রা ?
( চৌকীদ কন্থগ ) অসাইমখৈ ঐ লাক্তিত্রৈদ কনাগি রাখল খন্দুন লৈবিরম্মি। করি কায়দবদ ওইদব বা খুমগনিদো ?

রতনঃ হন্দক থামিন্নখিব বি এ পরীক্ষাহ্ন ফেল ওইগে, মাগি রাখল খোইন শন্নুনন ফোটো অম .য়েংহ্নন লৈরম্মি, হিসাব ওহাক ওরগ মেশকী ফোটোহ্ন সিনিনে –
( উদি উহন্দন কুন্দিংখাওদগি পুংলাকপ )।

মুপীঃ কনাগিনো ? অমুক্তা য়েংগে ( মনাক্ত চংব )

রতনঃ ' উহনব মখুৎব পাহ্নন ) কনাগিনো ?

মুপীঃ ঐগিহ্নক নুন থমজব ফোটোহ্ন করম্ন হুররিবনো ?
( য়েংহ্নন মোমোন )

রতন নংনদি ক'র'গি ঐগি খম্মোয়সি জেলখানাদ থমই। I am your four prisoner. Lady jailor, ( খুকউ নাম লৈতাহ্নন খুৎ লোম্নব )
( ইখং খংহোদন ওফেলেয়া শাবী লৈ লেংলহ্নন, শারী শেৎলহ্নন, লোম্ন ভারম্বদগি খব চংসক্লগ খংলেপ লেপ্লগ )

ওফেঃ Wath is the play, to night ? করি লীলা ওইরবনো ওসি শান্নবিরিসিবো ?

মুপী. Transf.r of priso ,. জেলখানা হোংবনি, ইবেম্মা লোৎতুন কান্নদে।

রতনঃ ( মখুউ লমোংপ কহ্নোক্লগ ভম্ন হোগৎতুন ) নখোয়নি মান্নরগ ঐবু খোলোইনব লীলানিদন ওসিগি'সদে। ( মখোই-নিদগি মমায় ওহ্নোক্তুন চৌকী অমদা তুমিন্ন কব )

ওফেঃ নহাক্কী জেলখানাদা ফাদোক ভাজগে রানোম্মরিব ইবুঙো l.পামচাসিবু অহানবদ কনাগি জেলখানাদ লৈরমই হায়রগে ?

মুপীঃ হ'ফুন কবি কাম্নদগে ইবেম্মন খংইদুণায়।

ওকেঃ ইবুঙো নংবু সোমগি ইবেম্মসিদ ট্রান্সফর তৌরক-ইবসিবু শোইত্রবা? হান্নবু হাজারিবাঘ জেলদা লৈরমত্রা নত্রগ আন্দামান্দগিরা?

রতনঃ ঐ লৈলাসি য়াওজনিংদে, ঐঙোন্দা হংবিরকনু।

ওকেঃ করিমত্তা চিংনগনু ইবেম্মা। নিপামচাসি হন্দক্তা পরীক্ষা লোইবদা মীরোল খর য়াংপনি লাইরিক কয় পামনদুনা। ইবেম্মগি তেজপুর জেলদা মীরোল তারক্লব খর মিংথিন লাইয়েংবিয়ু।

মুপীঃ হন্দক্তা তাওব নত্তমালেদ, অতাংসি। মাগি লাইরিক মনুংদ অদোম্ন অতাং তাওনব পৌশিনব চিঠি কন য়াম য়াওরমই ঐ পারেদ।

ওকেঃ মীগি চিঠিবু হূরান্দুন পাব চুম্ব্রাও?

মুপীঃ জেলারন কাদোক্কী চিঠি সেন্সর তৌত্রবদি ফাদোক ওক্তব হেল্লি হায়দুন তৌবনি।

ওকেঃ কদায় (রতন্দা)? ঐগি চিঠিশিংদু লোইন পিবিরো চৎচরগে। (শ'ওন) মীগি চিঠিবু মীঙোন্দা পাহল্লিবু উশিন্তদুন তৌরিব নত্রাও?

মুপীঃ পাহনব নত্তে, লাইরিক মরক্তা য়াওরমদুন মত্তা চাক্লদুন থেংনবনিনে। নংমকি চিঠিদি কন য়াম চৎনরম্বা ওইরে ইবেম্মা। ঐদি চুম্ন ফাগি তৌবনি, খংনমু খংনমু, ইচে হন্নগে, লাইরিকসি থিনগে লাকপনি। (মেজদা খম্বা)

ওফেঃ ভাইখো, ৱা মেন তাৱদন চৎখিব য়াদে। করিম্ব লৈফত্ব ৱাগিদমক মৰূপ মপাং ভুংদ কায়নব কত্তে।

মুপীঃ ঐবু চৎখিম্ব থাম্বিৱিসিবু, নিপামচাসিমতং ইমানি; মুবী-ৱাকপীগুম মুন্নখিসি হায়ৱাও ?

ওফেঃ মুন্নগদোৰ নত্তে, নহাক্কী ওইহৌরদোবনি। অত্তাংসিগি মৱা অমত্তং হংখিগে তৌবনি। য়েংউ, নিপামচা ইবুঙো, নং ৱা হংগে চুম্ব থুংউ। অসাই নংন ঐ চংলক্লি ভৈদ নবেম্মসিদ I am your poor prisoner হায়খিদনা, মরমঅদুন নমিং থুংনব লৈহৌৱো, ঐ চংলে ঐগি চিঠিশিংদু হনবিৱো।

ৱতনঃ ঐন ফাগি তৌদুন হায়বদুবু ইবেম্ম অসিন চানবিৱে হায়ৱ থত্তলত্ৰাও ?

ওফেঃ ফাগিনি অওইবনি ভাংনবিহৌৱো, ঐ চংলে।

( চৎখিব )

মুপীঃ ভাইখোনে ফাগি তৌৱগ, চৎমিন্নসিনে। থাম্মুনে নংগি মুপীসি শাওথে্নে, পৱপ পৱপ তাৱো, করিম্ব ইকাইৱুনে। ( ৱতন্ন ইকাই ইকাই তান্নখি ভৈ নাকন অমদ মুপীমচা চেনখিব)

( মশক্তি উদন মখোন্দ ভাব ওফেলিয়ান ) 'করি কান্নব থাম্বিৱবনো নবুক্তি ইয়াং য়াংলগ। ( কম্ন ) থাদোকউসে।"

রতনঃ হৈমা! অসোমদম্ব শোইরেদন!
ঐবু ঙসি মচলা হারা? তাইবং ওইরবদি ইকাইরনিদা!
(চংখিব রোমদ য়েংব)

(রতন হল্লকপদ মুপীমচা উদবদ—ঙকপা)

# লৈশাবী চিঠিখেলা

## ২৪

মুংদাং, মপাগি য়ুম মপুংদ নিপা-চান হিদান অমদ তূরশিল্লুংদা, মপাগি য়ুম মপুংদ নিপাচান হিদান অমদ তূরশিল্ল-
ঙ্গন মমা মপান শাব রারী তারি। মমান ফম্মাংদা কক
অমদা ফমঙ্গন চিন্তা ওইন তোই। চৌকিদ মপান ফম্মগ,
রবর হোংজৈন হিদাক থকই, চিন্তাগি শককমদ।

মপাঃ নিপাম্মচা ২ তূম্বাদ খৈদা ঐগি নিপাসে।

মমাঃ সোসিয়েল সার্ভিসকা লৈবাক শূকই, য়াম্না রারে হায়রবনি,
অঙ্গুন হেক তাবগ তুমখিব্রবনি। মখোয়গি সোসিয়েল সার্ভিস
হায়রবসিদি, অঙাংশিংবু মতুং মনাও থবক শূনিংদনব, খীনব

য়াংল্লিবসিবু, সরাকয়গি কুপি নেক্লব শেল মরৈতক্তুন তৌরিব্রা করিনো ?

মপাঃ অঙাংবু থবক থীনব শিজিন্নবিরবদি, থবক হেন্ন তৌনিংলক্লবগি মহুৎস্ত থবক চাকমৈনব তৌহল্লবদি Social Service নত্তে Social Disservice তা ঙাত্রে। কয় করব কান্নরগদব পোৎ শিজিন্নফম চাদবদগি মাংহুন তোকই হায়হুন মহাজন দেশবন্ধুগি কান্নরগদব শেলময়াম, অয়েম্বদ মুপী অঙাং অশিংবন উংতা ঘা হৈদোকখ্রনি হায়হুন, লৈবাক্কী ফনব Social Service তা ঐন শিজিন্নবিরিবসিনি। অহুবু ঙসিদি মুপী, খোল খয় হায়গৎনরক্লে ঐ কুইরোই হায়, নহারোল মুংশিবগি থবক শূহুন, মপানগি জেলখানাদা য়ান লৈবগি মহুৎতা, লৈবাক্কী জেলখানাদ পুল্লিং য়াদন মুঙাইন লৈব ফংলব য়ারে খল্লি।

মমাঃ কৈদৌন খৎনয়কইব ? কেশ তৌরনি হায়ব্রাও ?

মপাঃ ঙরাং, তোম্ব হায়ব কেরাণী মচা অম লৈবদো অহুগ ইমানি স্নুম য়াঙৌ শাবদ ঐন হায়ক্লরে—ঐখোয়গি মুপীমচাদি মশক্তা মতৌদ, মহৈদ লমৎতা, জগোয়ইদ ইশৈদ, মিশ মণিপুর কৌবদা মতিক চানব খুড়ান যোকখৎলিবনি, হমুব মাঙম্বদবু, শেল খয় পায় হায়হুনবু, করিগি ইচা খাজকলগে অসিনচিংব য়া খয়, মহাক্কনবু লক্লবোই করিবোই, মাম্ন ঐম্ন নোকমিন্নরিঙৈদ মিহুখোংদ মাদি তারমামেদন, ঙরাংদদি ঙসিকাওবসি মরম ইচা চাদন পংশাওদা শাওহোরে। ঐ কুইনি হায়ব খাজরক্লে হায়।

ময়াঃ মীগি মরলম্ তাং তৌহ্নন লোগে, লকম্ লক্পে হায়বদি লান্তুদো। মীবু অচেংবদা পায়হন্নগ লক্তুন খৎনব হৌরুরি-দুবু জেলদ চংলগে হায়রানিনে। মত্তে, মহাক শাওব থেম্নব ওম্মোকপু অতৈ লৈত্রবাও ?

মপাঃ মহাক্ পুক্ষ কন্নুন ৗল কোক্রুব মাদোবসি হুজিক ঐখোয় মুপীমচা পীরব অম মানি। ঐন খল্লম্বন মুপীমচাগি মহুৎত মুপীমচাগি ময়া, মানস্ নহাওইরিবৈদ য়াম্ন পাম্ন কোম্নজরম্ব, নংবু পীগে হায়ন খনবজাংনি।

ময়াঃ ইচা অনী শুজরবী ঐবু মওোন্দ থাজবিগে সিনিনে ? ঐগি ইরা তাত্রবম্ অদোম্ন ফনি খনবিহ্নন।

মপাঃ ঐওোন্দ লৈববুদি মখোয়দ লৈবন শনা য়াম্ন শিনি. মীরা তারোই, মীগি সেব, লৈবাকী সেবা থমথেংব হায়বু নত্রাও ? ইশানিগি ইজং মিংচং, মুওাইব অরেম্ব, করিমত খল্লুম্. ময়ামগি ফরগ লোইরে। স্কুল লিংখৎহোরে, কাম্নহোরে ঐওোন্দ ভোট থাদদবগি ঐখোয়ন নিংব থ্লেদন! ঐদি নংগি রাদি কয়াবু খল্লুদে, মানবু মুপিমচাদা পাম্বগি খুদমদ উৎলি খংদেনে।

ময়াঃ মাগি মুপী অহনবাতু হপ্রিয়ব তৌরগ খর ইংগত্রাও, জুব তাহ্নন শেল তপ্ন খোগে হায়গত্রাও ? হুজিকপু জেলখানাদ—

মপাঃ অহনবীনদি কাম্নরবোই, মখোয়নি খীনরবপোৎনি নচা-মুপীনম্, নংনম্ ঐগি ইমায় ওাক্লিংত্রবদি ঐ জেলদ লৈরগে মপানগি জেলদ তৌনিংব তৌব ওমদন ভৌহ্নন লৈববুদি

মতুন মুঙাইনি, নং স্কুলসি নিংথিন চাওখৎনব অহনবীখোইগ তাম্ব তাম্বহুন তৌহৌরো—
করিমত চিন্তা তৌরুম্মু, ঐদি জ্ঞান তান. আইন কান্নবগি, মীগি শেল হাৎপগি কেন্দা লৈনি হায়ব খঙন খঙন তৌরুব থবক্কি মহৈ চাদ্রবিবনি। মুংশিব মীগি ফননব করিমত তৌব হুম্মন তাইবংপানগি জেলখানাসিদ, কদায়দা তৌব ঙাওম লৈদোশরুক, আইন শিংন্দুন Social Service তৌরকইবানি। করিমত মাফম খোঙ্কু; ইজৎ পামদে, মিংচৎ পামজদে, লৈবাক্কী, তাইবংমীগি ফনব তৌব পামই। ময়ামগিবু কান্নগদোব ওইরবদি মুংশিজরবী নংফাওব মঙোন্দা পীথোক্কু হায়রিবনি।

মমাঃ মীপি .লুপা লিশীং ২০ গ হম্নবী ঐগ কোক্সি হায়ব মাব হৌনদে। থাইন নিংথৌ পাল্লিবৌদ মীনাই ১ পী মমল লুপা ১৫ দ পীরমই হায়—হুজিক মীস্তুক হোংলব মতমদা লিশীং ২০ শিংপ চৌনদে অমাওব য়ানি। লৈবাকী কানবু কান্নগদব ওইরবদি মতম চাব মফম চাবদ ইশাশি মাংব য়াই, বেরা লৈতে; অদুগ ইচাম্নপোদি চাওজরে, শরাও মচাগুম হৌদোংমচাগুম মীঙোন্দ পীথোকপ ঐ য়ানিংদে। মশান মশাগি শিজিন্নফম, মাংজফম লেপচগদোবনি।

মপাঃ মতুদি ঐস্ন য়াইদ। ঐন অরানব পাম্বেন লৈবাকী/লেবা তৌনিংলগ মতুগি প্রতীকারগিদমক, মরাল লৈজদবী নহা ওইরিবী ইচাবু মাংহনব হৌনদে। থবক তৌনিংই অতৌ

অচৌব। ইতিক্তি লৈতে অচৌব থবক পাওনব। মসিদ ঐন অকব পাম্বে, কত্তব পাম্বে—লৈবাকী চৎনবী চৎনদবী।

মমাঃ মহোশাদগি লমম্ন থৱ হেন্ন হৌরকলেদ, হৈনখ্রব থবকসে পাক পাক হোংব য়াদবনিন মচা মচাদ লম হেনলম্বদগি মুপী য়োন্নগে, জেল চংলগে, ৎঙৌনিংব থবক্তি পাংথোক্লমগে অসিদনিনে।

মপাঃ ঐ খঙদে মমা, ঐ ইচা নুংশি, ইচাগি মমান্নব নহারোলবু নুংশি। ঐ মখোয়গি ফনব ত্তৌদব ঙমদে, অকব পাম্বেন অকব থবক তৌব ওম্বগি খুদোং চাব ঐঙোন্দা পীজ্রিব করিগিনো? মতম অসিগি মণিপুর নংন ঐবু লক্লবসি খাংহন লৈগনি খনব্রাও? নংন পিনিংব দঙি পীজো ইঙকফাওব ককচো, ঐদি অঙম্ব থবক ত্তৌরমগনি। মুপী, করিমতা য়াক্লন্ন, নচা নিংথিন য়োকহৌ, ঐগি খম্মোয়গি কাচিন্দগি কনানো অমন ঐবু ইন্দিন্নি, "কিগনু নিপা, নংন চুমই খনব থবক্ত, পাংথোকউ, থোকনিংব থোকসনু নোক্ল নোক্ল অন্নাব খাংউ" হায়রি। ঐন পাউতাক অসি ইন্নব হোৎনবদ নঙোন্দা কয়া ওংখ্রে, ইচাশিংবু কয়া ইকাইব পীদোরি। মসি পুন্নমক নখোয়ন ওক্তব ঐবু ঙাকপিয়ু। (মমাস্নু মপান্নু কপ্প)

(নিপান্মচান লোম্ন কপ্পদগি মনপ চোহ্বন কাংথদা মনপ শিৎচিনব কিরুক খুমহুন তুম্ব শাজিন্নব)

মমাঃ ( অঙাং মনাক্ত চংলগ ) নিপাম্মচা, নংবু সুংশিং মরক্ত লৈবাক শূকচুন লোক থুংলব্রাও ? তুম্ব য়াত্রবাও ? ইম্মব্রাও ?

( মচান তুমিন্ন লৈব, খুমদব )

মপাঃ লোকস্থ খর থুংসন্ন, ইম্ন্বস্ন খর খাংব কৈ। লাইবক থীব ইমুংগি অঙাংদি য়াম্না খাংব তম্ব কৈ। রারব অঙাংচু হৌদোকপিরুস্নু তুমজসম্ন ওহাক। মান নোংম মিকপ থোক্তুন মপাগি মমাগি মাংথ্রুব ইজংকী ক্ষতিপূরণ, দাবী তৌরগনি হায়বগি আশান, রারব, চাক্রব, ঐগি পুন্সিগি ইরোইচুন শান্নরং ঊপাক্লি। তুমহল্ল, মপাঙ্গল কলহল্লু, নোংম বংগি নচাসে মমিং শিংন মশা খিংন হৌগংলকখিনি। ( মপান্দগি মীখোন তায়। মহাজন দেশবন্ধু, কিরণসিং অমস্নুং পুলিশ খর, এস আই অমগ লাক্তুন মাঙ্গোন্দ লৈবগি মখোক্লি। )

কিরণঃ ( মপান্দগি ) তুম্নবিরব্রাও ? রা অমত্তা হংজগে,—

মপাঃ কনানো ? করিংগি ওইরবনো ?

কিরণঃ দাদাজী ঐখোয়নে, তাইবুঙোস্থ য়াওবিরিয়ে।

মপাঃ করিগিনো অমম্বদ ? ইমুংদ হেক লেংশিনবিরকউ। লেংশিনবিরকউ হেক্ত, খোংউপকা য়াওজসন্নু।

( মহাজন অমস্নুং কিরণসিং খাট্টা বই হিসাবকি পায়চুন লাকই, .চৌকি থাবদ ফমই, চুরুট বিড়ি পিথকই।

মপাঃ মপান্দস্থ মী লৈহৌরিমানে, ইমুংদ হেক্ত লেংশিনবিবকদোবদ ?

দেশঃ এঃ মখোয় মপান্দ লৈসন্নু।

(মপাগ মমাগ মমিং লৈংনহুন তাব তানৈঃ থানা লোইন-নকইমানে হায়ব)

মপাঃ মমা, ঐখোয় মুপীমচান পরীক্ষা লোইরে খোয়রুনি হায়দুন চিঠি পীরকপদু কৈদোঙৈগা ইম্ফালদ থুংলনি?

মমাঃ শিলংদ কোয়রুখিনি হায়, ভুসিংনিমুক্তা মপুংদদি থুংলব য়ারে। মাগ লুহোংখোংদোংব য়াব মাদবাগ পাঙ্গি য়েংউববু মুপীমচাসি লুহোংফালবু লৈতে, হায়ব নত্রগ অঙাং পিশক জুগোৎচাদব অমদ ইংদু থদহৌদনা চেনব ওই, চোংব ওই, তৌ হায়ব লৈবু হায়রিদ।

দেশঃ (মমাদু ভাংনা) ঐবু লক্তরকইবদা মুহরে, ইবুংো মুপীমচাগি মপা। ঐ অঙাংনত্রে, মুপা অঙাং য়াওন ঐবু লক্লহনগদু য়াথল মুপ্ন তৌ।

মপাঃ ভাব যঙবদা পুৰিগন্নু তাংদুনৌ।

মমাঃ পুকচেল শেংবগি হৈংক্রবদ ঐখোয়না ছুদিক্তা ভাংনজ-রম্মিবান মীগ শেলয়াদাসিংবু চমত্রবনিন ইচামুপী থাজরসি হায়দুন। অদুদ মপান, মহাজন্না পাদইবদি নচাবু নঙমানে মমা নংবু ওইরমানে হায়। অদুদ ঐন হয়বা ঐবুদি খুন্নাঙা নংদা দাদাশি পাংখরমাংনে। খুমঙ্গরমইবনি। ছুদিক্তি তাইবুঙোগি অপাব তাকপিরো ইচানুপী পাম্বিত্রা? ঐবু পাম্বিত্রা? নত্রগ মপাবু শেল শিংদবাগ জেলদ পিবিনিংত্রা?

দেশঃ হায়রিবশিংদু অমত্ত পামজদে ইবেম্মা. ঐখোয়দি লাইরবনিন শেল পামজৈ। ১০০/১০০ চৎপীদো ২০০ পায়জৈ ইবেম্মা। তাং পাংত মীবু থাজহনব, নমথাক তৌব মুপামচা অমুক পী, মপা অমুক পী, হেয়া কায়দে, বা য়াম্ন ঙাংনহ্নন, ঙাম্ন খুন্নু লৈব য়োনবস্থ নত্তন, খিৎতন ইঙ্গিৎন বা খণ্ডনরবদদ মুঙাইগনবনি।

( মুপামচা ফম্‌ুংদগি ফিংন হোৌগৎলগ মকী শেমহ্নে লেপ্লগ)

মুপাঃ তাদ হন্নুবন পামইবু ইচে লৈশাবী নত্রাও? লাও ঐ পুখোকপিরক্কে চেনখিখো লাও লাও মপান্দ। ( তপ্ন কৌখোকপ, মপান থাম্ব )

মপাঃ নিপামচা নং তুমিন্ন লৈয়ু। মতম চাদন নং মিকপ থোক্ল-বোইবে। হুঁজিক অহিংনি তুমখো। ( ফমুংদ তুমহনব) হয়েং নোং ঙাল্লগ মতম চান হৌগংকদোবনি।

( মহাজন্দ ) দাদা ইবুঙোন হুজিক পাম্বিয়িবু শেল নত্রাও? শেলদি লৈতে, হিসাব বহি পূত্নন লাকপিরিবসিনদি মপান্দ মী থর লৈহৌরিসগ ঐহাকপু নুপী য়োম্ফম কথনি হায়বগি ভাবত লাকপিব ওইরিয়োই, হিসাবত লুপা লিশীং ২০ লোম হোরে, ঐবু থাজব হাংপগি ফাবিগে লাকপ ওইরিনিনে?

কিরণঃ ফাবগি ভাবস্থু নত্তেদ, চুম্ন হিসাব শেংদোক্লসি, বা নিংথিন ঙাংনাসি লাকপনি। খৎন চৈনবস্থ ফত্তে মতম্ন ফৎত্রব অসিদদি, হাংনৈ শুনৈ হায়বন খবর অরেপ্প লৈথিত্রে

ঐখোয় লৈবাকসে। ধর্ম্ম কায়নহুসি, খাজনসি, হায়নব রা ভাক্লাসিদা দাদাজীবু।

মপা: ইবুঙোন তাকপিরিবসি লুপা ২০,০০০ তোল্লে মচামুপী মহাজন্দা পীখ্ৰো অঁসিরাও? অসুম হায়ন ইচিন্নাও ঐখোয় ভাংনখিব্রাও?

কিরন: ভাংনখি ইনখি হায়ব নচ্চদে, দাদাজী কিংগৎপিখিনু তপ্না ইংনা উনমুক ইংন, ভ'রেন হৌব য়ান তাকপিযু।

মপা: ঐদি শেল লৈতে লাইরৈ, মমি' ওথাক চৎচবী মুপীমচা অমদি মপানিন ঐগি তৌবভঙ্গগি শক্তি থর লৈরৈ, পাখং ইনাককৈরাক খুনবশিংন ঐবু খর ইকাই খুম্নবী, দাদা ইবুঙো মহাজনগি শেল রাংতে ইনাক খুদি, মুপী লৈতবনিন নহানি পাখংনি হায়ব মাই' রারোবিবনি য়াদেকো, উনমুক ইংন ভারেন হৌহনসি হায়রবদি, হা ইবুঙো কিরনসিং?

(মহাজন খর মায় ভাংই)

কিরন: হায়থবিয়ু, দাদাজী হায়থবিয়ু।

মপা: শেল লৈব মীন শেলগি মতিক তৌবভঙ্গ শক্তি শিজিন্নব পাবই, শেলমু মাংহন্নিংদে, পামুই। মচামুপী কজবী লৈজবন মহুগি মতিক খঙই, তৌবভঙ্গ শক্তি শিজিন্নব পাবই, মচাবুদি মাংহন্নিংদে মুংশি'পামুই। শক্তি অনিসিগি লান, লক্ষ্মী স্বরসতী অনীসিগি মতিব তান্নবসে রারী লাইরিক্তা কয়া কয়া তানবিরিব অর্জুনি ছুটিক কলি যুগতা লাইরেম্মা অনীসি রা ভাংখিদ্রে, মুর্ত্তি ওইন অরেকপ লাই ওইন,

লৈখোকখ্রবনিন মখোয়গি পূজারী ভাইবুঙো দেশবন্ধুপ, ঐপ অঙম তাম্নরকই। তাইবুঙোগি শেল মাংব য়াদে, ঐগিস্থ ইচানুপী মাংব পামই। ঐগি শেল শিংনিংঙাই লৈতে, পুম্নমক লৈবাক্কী সেবানি হায়না ঐন থাজব মকমদ খরচ তৌখ্রে।. তাইবুঙোদগি পুব শেলদগি চা কপ ১ কাওব ঐ থকচহৌদে, হিসাব য়েংবিয়গ খঙনি। লৈবাক্কী খবক্তা শেল মাংহল্লিংদব তাইবুঙো দেশবন্ধুন আইনগি মতুং ইন্ন ঐবু কাবিয়ু, দণ্ড পীবিয়ু, ইচা পীগে শেলগি মহুৎতা হায়খিদব, ঐগি ইচানুপা মমাগ লৈজহৌসহ্ন। করম্ব মকমদা ঐবু শিজিন্নবিগগে অপাম্ব খনবিয়ু, কাদোক খম্বিগেরা মীনাই ওইয়ুরা ?

দেশঃ হরে কৃষ্ণ! হরে কৃষ্ণ! তাইবং মীগি তাৎ মতৌ মালহনব, মপাশাবদা মকুবোক শাবদা মীবু থাজহনব ! হরে রাম, হরে রাম! লীলাগি এক্তিং, ছুনিয়াসিদি ইবুঙোন ছেজগি তাবত পুবিরিব ওইরেসে ? কজন শাবিখ্রেদা লীলাদো, মতেক অমদি অরোইব পোলোইসিদি ইবুঙো হু ভরেৎতগি হেন্ন খারে হায়, টিকেট মমলবু অচুক য়াম্বদি; বাঃ, বাঃ, লিশিং কুন! অচুক বান তানব লন অরেম্বদা লীলা য়েংবদ মাংলবকো! বিশ্বাস ঘাটকনি ইবুঙো নং, থানাগি উপুদা এক্তিং তৌব তার, ঐ পুলিস লোইনরকই; চৎসি লাও।

(নিপামচান হৌগৎতুন খুৎলাই থিব মমান থামহৌব, লাংবদা থানাগি মী চংলকপ)

যপাঃ আইন কায়ব থবক তৌগনু নিপাম্মগ।

ইপান জ্ঞান তান তৌরিব থবক্তি, করিমত য়ারুনু। নংগি নহৈদা নিংখিন ভম্মু, লম হেনগনু, নমান হায়ব য়া জ্ঞান তান ইল্লু। ময়ামগি ফনবগিদমক নং ঐগি অন্নাব থাংব, লৈবাক মচাগি মথৌনি। কপকনু পাংদব উংকনু, জ্ঞান তাও। বিদায়! চৎসি লেংও, দাদাজি, ময়ামসু— (চৎমিন্নখিব, মমা মচা হিক হিক কপ্পুন লৈহৌব)

# লৈশাবী চিঠিখেলা

## ২/৫

ধর্ম্মশালা মনাক্তা লম্বীদ, মুমিদাংয়াই, অহনবী অমসুং মমা য়ারীশাক্তুন মী ওায়রি।

অহনঃ স্কুলগিদি করিমত থনবিরুম্নু, মরম্লাই হিংজরনি। লৈবাক-পুম্বন মসিগুম মাংলগদব অভাংশিংবু কয়ব স্কুলগি কায়ব লোইন ভাব তানরে।

মমাঃ মীন থীন ঙাংনব্রাও? ঐদি ইকায়জখ্রে; মীগি মরলম ফুটানি তৌহুন স্কুল লিংখৎলি হায়নব্রাও?

অহনঃ ইতাখোয়গি দাদান হন্দক হন্নুব অরিকপবু মতিকচান লাক্লগে হায়হুন মীন থাগৎনরিপোৎনি।

মমাঃ ইতান মাবু কাও থাবগুম থাদোক্তুনা ঙাওহল্লিসিহু করিগিনো? লোইশিনব য়াব্রবাও? ইতান লৈশাবী শাগো দূতী ঐ ওইরগে, নোংম চেল্লোদে', অহুপ হল্লিরো।

অহনঃ লুপাবু থর য়াম্ন হাৎপ য়াদৌ ওইরবদি লাইবক য়েংসি বেরা লৈত্তে। (লুপামচা পরপ পরপ লাক্তুনা)

লুপাঃ হুজিক থুংলব ডিমাপুরদগি গাড়ীহুদ। ইচে য়াওরকপ উব্রাও?

মমাঃ করিনো ঐখোয় ইনাক্ত থারিপোৎনি য়াওরক্কেনা। মং ঙহাক ঙাইহৌখো ইবুঙো, ইমা খৈদেন্দা পোৎ অমত্তা লৈমিন্নরুখিগেকো।

লুপাঃ ঙসি থুংলনি হায়হুন টেলিগ্রাম তৌরক্লগ লাকওইদৌরি-বজাৎলা থংব্রেনে।

অহনঃ (চৎন চৎন) জামিন্দা থানব দরখাস্ত কাদি থাবিব্রিব করিগিনো?

মমাঃ মশান য়াদে, মাগিদমক করিমত হোৎনগনু হায়।

অহনঃ মীরোলদি অমনিদ ঐখোয় দাদাদো।

মমাঃ মীরোল রাৎপহুন তৌরি নব্রাও ইবেম্মা—। (চৎথিব ২মক)

সুপ্রা: হন্নক লাকইব গাড়ীসিদ য়াওরম্মবদি মুঙাইনিদ।

( য়েংহুন পরপ পরপ চৎখিব )

স্যুটকেশ অমমমগ বেঙ্গাংগ পায়হুন ছাত্র রতনসিং অমসুং সুপীমচা বিএ থারুব ২ কেন শেৎ চারহুন সারী শেংপী মেম সাহেবকী ফিভমদ লাকমিন্নব উফুল তৈথোক্তুন গুহাক ফম্মি রাগ্নহুন— ।

রতন: থৌজিকী লিপাহু নৌপদা য়ায়া তাওই হায়হু ওইরেকো।

সুপী: মানি মুঙাইরপোৎনি, ঐতোন্দাকা মান রায়কইপোৎনি জান ভাব শারহুন। মত্তে, ওকেলিয়াবু রিকশা তোংহুন চৎখ্রবাও?

রতন: হু, লাকইবসিনি, মনাতোন হুম জাওন পোয়হুন।

সুপী: থেমজিল্লুনে নিংথিন, চানন খৎনব ওম্মদ্রাও? মীগি ইন্নাক্ক খুনব মচানিহায়।

রতন: ইনাকখুনবী শাওগনবী থেমজয়রোই, লাইরবী মবুক তম্মী থেমজগেবা?

সুপী: ( গুগৎতুন ) অওইরনে চৌরোল হৈ।

( ওকেলিয়ান মেম লৈশাবী শাহুন টেনিশ রেকেট ১ পায়, স্যুটকেশ মচা ১ মখুৎতা য়ান, কুলী ১বু ট্রং অমসুং বোঙ্গং প্লু হনন্দুনা লাকই, কমলিব ২দা মমিৎ থান য়েংহুন চৎখ্রি।

রতন: ইবেম্ম নংবু চানন শাওরবাও ঐথোয়বো?

ওকে: অহুক তৌব ওম্বশিংদ শাওজব ইতিকলাও? বাবী শাবিহৌখো, ঐ থর হাঙ্গরম্মগে। ( চৎপ )

রতন: তাইখো ইবেম্মা ইমানিবু কন শাখন লবী তিরৈ হায়, গৎলাও শাওগিমু।

ওকেঃ লম্বী তিরব ঐগ চংমিন্নগে ভাইনগে দি হায়দন, লম্বী তিন্নবব মীগ কময়ুন লম্বী তেংব য়ারী শাবির্ম্মত্বু ঐগি লম্বী শাংহন-বিরিব নত্রাও? ঐবু কয়য়া শাওদসিগে? ( চংখিব )

সুপীঃ চানন শাওখ্রনি, চংমিন্নখ্রদা। মীগি মথরাই নাব য়ারী মশা ঐগি থরাইন তাজদ। কোন্ন অমুক য়ারী শাসি লেংও ঐখোয় মুপামচাসু লাকলে।

রতনঃ ঐ হয়েং নখোয়দা খিনব লাকশিন্নগেকো অয়ুক্তা — ?

সুপীঃ চ' হাওথ্রব লোন্দুন ভায়জরমগে।

রতনঃ Thank you in advance, good bye!

সুঃ বায় বায়!

রতনঃ ভাইখো চংমিন্নসি হায়মী, শাওগনবী? কুলীন (লাপ্পা খুম্মকপ) শাওগন্দবীগ লোইনবিখ্রা শাওগনব মশেল চংমিন্ন থ্রগে।

সুপীঃ খুম্মকইসি কুলীভুমি নে।

রতনঃ বাক! মনিপুরগি গনতন্ত্র! মীগ মীগ চপ মান্নবী।

(চানন চংখিব)

(সুপীবচা নোক্রন কেন্থুন লৈহৌব, সুপামচা লাকপদা শককম হঙ্গিনব)

সুপীঃ নিপামচা নংন পরপ পরপ থোরকউ হায়ভুন টেলিগ্রাম তৌরকইবু করিগিনো?

সুপাঃ পরীক্ষা অতৈ থাবগি লৈথোকদোন্নিব্রাও?

মুপীঃ মসি অঙাংসি মরৈন হায় হৌইনহায় ! নত্তে, ঐঙোন্দা টেলিগ্রাম তৌরকইবু করম্ব অরুব রা থোক্রবগে অশি অনা য়াওরব্রা হায়বনি ?

মুপাঃ মহাজনগি শেল হাৎপগি বাজি জেলখানাদা লৈখ্রে, ঙসি ৫নি ওরে। মহাজন্না শেল শিংব ঙমত্ত্রবর্দ মমাক ওইয়ু নহাকস্থ লৌগে হায়মানে। বাজিনদি ইচা নহাদি পীব ঙম্মোই, মমা নমায়ব পীয়ু হায়রবদি পীগে হায়ন খুম মানে। মহু য়ানদহুনফাওরব স্কুলগি সেক্রেটারী ইমানিগি ইপা, লৈবাক্ত ইকাই খুম্নবিরবদো জেলদা লৈথরে। ইমানিন করি উপায় তৌগনি। ঐদি খৈদেন্দা ইহৈস্ন য়াম্না হৈত্রি-বনিন ইমল য়ামখিরোইদো ।নংদি বি,এনি ( মুপীমচা মখুৎন মচুবা শোহুন চিন্তা তৌবি জ্ঞান মাংন ) ঙাইখো ইচে, অসাই নিপান্থ ইনাক য়াম্না খুনব জাৎলা ?

মুপীঃ ছাত্রগি হৌনব মতৌমানবচনি, তানিংদে তুম্নিন লৈয়ু কনান ইনাক খুঞ্জরগবনো বাজিন। তৌনব শেল পুন্ন কয়ানি হান্নবগে ?

মুপাঃ লিশীং ২০, অন্নিব অনৌব পুন্ন।

মুপীঃ হন্নবহুদা লৈরগ শেন্দোল কোক্সি হায়ব্রাও ? শোইত্রবাও ?

মুপাঃ তাং তৌহুন লৈশিন্নরগ দলিল শেগাইনরব অহুগ থাইন-বদি কমদোই ?

মুপীঃ থাজহল্লগ, হাৎপ বাজিগি মতৌহু নংন কংহৌব স্বত্তঃরাও ?

মুপাঃ চানন লৈগে হায়ববস্থ লেন্না লৈঙেয়ে হন্নবা খাদে।

লুপী: মঙোন্দা লৈদৌশরুক খৈদেন্দা নংন ঐবু পুরগ নিলাম ওইন লাওরবদি লিশীং ২০ গুন হনবিগত্রাও মীন ?

লুপা: অদুম তৌরম্ব মহাজন ২০দ নত্তে, ৩০ ফাওব হন্দুন ওকে হায়রিনে। চাইখো ইচে, খৈদেন্দা উফুল রাইফুল মরক্তা শন ইরোইগুম চিংহুন পুরগ নিলাম লাওদৌশরুক চিঠিখেলা ওইন স্কুলগি চেরিটিগি ভাবত তৌরসিদো ? লুপা লিশীং ৫০ গুপ্রিফাওব টিকেট য়োনব।

লুপী: লাইন তম্ব মফমদা য়ুম পানব হায়বদু থোকই ফনবু কৈফনে মদুদে। অদুদা গোভর্মেণ্টন বেরা তৌরোইত্রাও ?

লুপা: আজকালগি সরকারনবু য়াদব লৈত্রা য়াব লৈত্রা ? আইনবু মথরাই পানত্রাও ? লৈবাক্তা ফনব থবক্ত য়াদব আইন লৈব য়াত্রাও ? লিশীং ৫০ শিংলবদি মীগি ২০ শিংখে, অরেম্ব ২০ অমন স্কুলগি ওঝা, বিল্ডিং, হোষ্টেল, ফিল্ম ইপিদায়স্কোপ—No one Sohool ওইব য়ারনি। মহুদগি অরেম্ব ১০ ন ঐগি লাইরিক তম্বগি খরচ, মহুদগি অমুক লেমথরকপন নহাক লুহোংবগি, উপূ কাংথোল বাজাই বেঙ্গুন মাইক, শামুমথক্তা থিনব, মণিপুর পুম্নমক কুম্মৈ ওইন য়েংননি চিঠিখেলাগি লুপী লুহোংব হায়রুন।

লুপী: হুই অঙাওব অমগি টিকেত্তা ফাওরবদি নচে শাম্ন তোংবী হুই ওল্লেদো ?

লুপা: ঈশ্বরন ভম্বনি করিনো, খুংন খনব ভাকন্থ অকব নিপা লুপী থেংনদহুন থাইনবগি কেশতনি কোর্ট অম লিংখৎতব

য়াব্রে হায়নরি। ইচে পোকওমদন পোকপ মপোক্নি থ্বাইগ মাম্নদম নিপা মুপী থোকপ অনৌব থৌনাগি থবক লৈবাকী থম্ন তৌরম্মগ সিখিসিদা। নবু কয়া কুইন ছাত্রী ওইখি-দৌরিনো? থম্ন লৈরবদি নউন থুইরনি, নপোক হৌরনি, নম্না তেক্লনি।

মুপীঃ ইমাদদি জায়খিসি মচুম্ন লাইবক ম্নেংসি হায়রবনু। চৎসি থেংথে।

মুপাঃ ইমান খাম্বগাদি য়ারম্ন ইচে—ইপান পোকপ মচা নত্রাও ইমানিবো? ইমাম্নব ছাত্রশিং খোম্মগ লিশীং ৫০ হেম্ন টিকেট য়োনগনি। লৈবাকী সেবাগি ম্নমপানব কত্রাও?

মুপীঃ হোয়দা ইমান য়াব ম্নাদব। অক্ষাগি অক্ষানি মীপি মী...। শিরগম্ন হায় ওইনব হিজোল কোইব মীদ পীথোক্লমসি অরেম্বদ হকচাংসি মাংহনুসি অচুওাইরে।

মুপাঃ Thank you very much, ইচিন ইকপম্না থুং অমুক্ত শোক্লসি।

মুপীঃ থুং শোক্লজ্রিবৈগি মমাংদ নং ঐগি মতিক চাব ইকপম্না ওইব ওমগত্রা? বাজিগি Social Service পামজবগি পুকচেল অচু মুৎতনব থম্মোইদ চায় লিংগনি হায়দুন ম্নাশকউ।

মুপাঃ পৃথিবী মাত্তান সাক্ষী ওইসমু (লৈবাক পাম্নব) ওক্ত্রব ঐসে ইচে, নংগ নতিকচাব নৌপম্না ওইগনি। বাজি কাখিব মুমিত্তগি ইচে, ঐ অনৌব পুজি ১ হোৎলবনি। (মপি তরং তরং চেন্দুন মচিন মোপম্না মথুং শোক্লব)

# লৈশাবী চিঠীখেলা

৩/১

Lottery Office, অয়ুক পুং ১০ তাবদ ছাত্র ১ নে ওবা ১ নে টিকেট য়োল্লি; মীন কয়ক কয়ক ইয়ন টিকেট লৈনব মতৌনি। অরাপ্পদা অহনবী অমম্বুং মমান তুমিন্ন বারী শাল্লুন কপ্নি,—মমাংদ মেজ মথক্ত লুপা, নোট, বহি টিকেট ময়াম পৈশ্লুন লৈ। বুকীং আফিস মমাংদা মিস হুণীমচাপি ফজরব শক. শারী শেংতুন কেন য়েক্ক,ন থিল্লি, মী কয়া কয়ান য়েংনরি। বুকীং আফিস মনাক্তা মাইওক্ত নিপা অমন লাওরিঃ—

( মশক উদে মথোন্দ তায় )

মাংখিদোব নহারোল কয়ব অনৌব স্কুলগি কেরিটি লোটরীদ লুপা ১ মমদগ টিকেট লৌবশ্লুন লৈয়ারুক্পু হুংশিবিয়ু। লুপা লিশীং ৫০ গুরব মতমদ চিঠিখেলাসি শায়জগনি। শেল পূয়মক লৈবাক্তী কনব থয়ক্ত শিন্নীজরগনি,

মী খুদিংমক হিসাব য়েংবিব য়াগনি। দানগি মথন্তা লাইবক কব মীন মিস নুপীমচা দেবী বি.এবু সহধর্ম্মিনী ওইন লুহোংবিব য়াগনি। নুপীদ কাওরগ নুপীচুন অতোপ্প নিপাদ পিথোকপ য়াগনি। বর ওইগদৌরিব নিপাচুগি মশক মতৌ, মহৈমশিং, জাৎবিজাৎ, অঙাং অহলগি চহি, পক্লব পক্লদব, শাগৈ য়েক ধর্ম্ম, করিমত য়েংদন বর মাল্য ছুকনি, মিস নুপীমচান আত্মসমর্পন তৌগনি। টিকেট লৈনিংব লুপা মশীংগি লৈবিব য়াবি মী খুদিংমক। লৈবাকী সেবাদু তৌবিব, মতিক চাবী কন্যাদু থোকপ য়াত্রা লাইবক য়েংবিনবগি অতাংব খুদোং চাবসি মাংহনবিগনু। Miss Nupimacha marriage lottery in charity for New School. Please get a one Rupee ticket and try your luck. মশক্ক মতৌদ, মহৈদ মরমচৎত মিস মণিপুর ওইবদ মতিক চারবী নুপী চিঠিখেলাদ কাওহুন লুহোংবিহৌ।

অফিসতুগি থর লাপ্প লোম্ন রতন অমস্থং ওকেলিয়া য়ারী শারীঃ–

ওকেঃ ঐসু লুপা ১০০গি টিকেট লৌহুন লাইবক য়েংব তারি।

রতনঃ কাওরগ কৈদৌনদোরিবা ?

ওকেঃ অদোম্ন য়াম্ন পামজব থাগৎচবদো নিংব থুংহনগে তৌবনি।

রতনঃ অদোম্ন কল্লকপিনব, ঐবু চানবিনব খম্বনবিনব, তাং তৌজবনি হায়ব খওবিত্রিবাও ?

ওকেঃ অওইরনে হয়িংখোই, হজাম মপান শাৎপ উব য়াদব ইবুংঙো ?

রতনঃ ভাইখো, হৃদিক Romance কী মতম মহক্তে, মরুপ মপাংগি অরাব তারিবৈ করেমনখিরুসি। ইমানীন অঙুম করম মদং পীসিগে?

ওকেঃ করিনো লুপা লিশীং ২৪/৫ শিংলে হায়বদাঙনে?

রতনঃ লিশীং ৫০ গুনব য়োন্দোরিবো।

ওকেঃ মণিপুরদ স্কুল কোলেজগি ছাত্র ময়াম্মা মরাইন য়োনজহৌনি। ইমানী অসোমদা কোয়ন চংতুন য়োলুসিদো? মাদি লংকৈদা, অসাম, বেঙ্গল, দিল্লিদন হেন্ন মমিং চংলি, Sports, dance, Song হৈবী অফাওবীনি।

রতনঃ That is a good Suggestion লংকৈদগি লুপা লিশীং ২০ দি শিংকনি, ইমানীন স্তুতাইব অম য়াওন থবক্তা থরাই তান Canvass তৌন য়োল্লবদি।

ওকেঃ ইমানীদা লংকৈ চংলবদি চাক ইশিংদি নংন থোংব ভায়দো।

রতনঃ অহুননি ঐন ইনাক কৈরাক থুনবী অচৌ অশাংগি মচা তুপী পামজরিবসে। টিকেট লৌরসি চংসি। (চংমিরখিব)

অহনঃ ইবুঙোগ ইবেম্মগন কদোমদা য়োনবিগে হায়ব?

রতনঃ ঐখোয় অসামদা লাইবক য়েংজরগে।

অহনঃ আসাম বেঙ্গলগিদি ৎরাংন মী ১০ মুক চংগে, লুপা লিশীং ২০গি টিকেট পৃহুন বিল্লীরোমদা চংপদি আপমজি হায়বিগন্না?

ওকেঃ অরাপ্পদা চংপন হেন্ন পামজে ঐখোয়দি

মমাঃ অহল্লমল্লা হয়েং— ?

রতনঃ কাও থাবগুম থারবজাৎনি।

ওকেঃ মরুপকী থবক্লিন ইন্দোন নিপামচাসিগ চৎমিন্নব ইশান ইন্না মাজনিংদন Social Serviceকী ভাবত চৎচদৌরিবনি।

মমাঃ হোয়দা অদুনি, ঐখোয়বু হুজিক লৈশাগে মাম্নিব্রাও ইচাসিদে।

অহনঃ লাইরিকী বাদি অভ্যাংশা, পাখং লৈশাবী লংকৈ চৎমিন্ন-বসিদি মিংগৌকম ফজনরগ লোইরে, ইবেম্মনা ইবুঙোদা ভামো নত্রগ ভাইভো বস, অদু ওইরবদি মী পুন্নমক অমত্তা চিংনররোই লোম্বন ভাব তারনি।

ওকেঃ অদুদা চহীদি ইবুঙোসিবু'দ ঐন মচেৎত অনীয়োম হৈ, কমদৌনি মীবু নমথাক তৌব তারোইত্রা ?

রতনঃ ইমানীবু করিনো কুঠী পুদুন চৎকত্রাও ?

Matric Certificate তা ঐন থা ৬ হনবদুদি ?

মমাঃ লিশীং ১০দগি টিকেট পুবিরো, চহীগি নচিন নৌপরা খংনবদা টিকেটপু ম্নোনব চৎপ ইশং শংদন তৌকনি।

ওকেঃ ফনি।

(টিকেট খীরগ সহী তৌরম্মগ চৎথিব)

(কিরণসিং তোম্ব পরপ পরপ লাকপ, মাং থংলকপ কিরণবু তোম্বন ভহাক্তং লেপখো হায়দুন খাৎ)

কিরণঃ করিগিনোনে ?

তোম্বঃ ঐগি লুপা ১ দি লৈজরে, তদব ফংলগ পীজগে ১০দা থংবিয়ু,—১১গি লৈত্রুন লাইবক য়েংজহোগে ইশুং ইমারবনি খুড়া ইবুঙো কৈদোগে ?

কিরণঃ করি কারদগে অহুক য়াম লৈরুত্রুন নং ঐগুম্ব লাইরবনা ? লুপা ১ পায়রিবত্রুগি লাইবক য়েংলগ লোইরে। মহাজন্না হুজিক লিশীং ১৫গি টিকেট লৈরে, ৫ অমস্থু লৈরুচো লাকইবসি ফাওবু ফাওস্থু হায়বদি অরেম্বদ। মাংদোরিব জুবারনে। মথন্দস্থু নত্তে লিশীং ১/২, চাতংরেৎ চানি-পালগি লৈবস্থু পিথম্না য়াওরিপোৎনি।

( তোম্বন লুপা ১ গি টিকেট লৈখিব,—কিরন্না অহনবীদাগ লিশীং ৫ গি লৈখিব—চেক ওইন পিরম্বা )

মমাঃ লুপা লিশীং ২০ শুরে লৈরিব মিষ্টর এক্সকী মিংদা। কনানোনে ইবুংঙো মিষ্টর এক্স হায়রিব নিপাসিবো ?

কিরণঃ কনা ওইদগে, ইবেম্মা ক০। ওইদগে ? ঐদি হায়দোকপ য়াদে ভাবন অহুম থংবিরো। (চৎখিব)

( অহনবী, অমস্থুং মমা গুপ্তং হন্দা চৎত্তুন য়ারী শাব )

অহনবিঃ মুপীমচাদি কমদোরি, মথবাই রাত্রাও ?

মমাঃ থোইনদি বান উদে। লাইদা ক্ষীরনচিংব কংলি, অফব নিপাদা থোকপিয়ু হায়ত্রুন। থংদেদ হন্দকী মতোসে লৈবাক কুম্মেদা তারে।

অহনঃ নিপাম্নচাস্থু জ্ঞান তারে, মী ওইরনিদা হন্দক্তি।

মমা: হন্দকী বাগ্লোকসিদা মখোয়নীমক মী অমমমদি ওইরনি থাজরে। লম হেন্দ্রে, থোদানব নাইদ্রে, থবক ইংখাংগি মরমদা। খওদে, জেলদা মপা উরনি হায়বতুন চংখি মখোয়নী।

# কৌশাবী চিঠিখেলা

## ৩/২

জেলখানা, মুংথিল পুং ৪ তাখদা ফাদোক ৩ শ মপাগ রারী শাতুন লৈরম্মি। মপাদি ফিজেৎ ওগ্রি trial লোইদ্রি।

কা ১: নংন ঐখোয় লৈবাকসিদা লাকইবু করি ধর্ম তৌরবগিনো? হা নহায় হুবানবা?

মপা: ইনাকখুনব অমগি সুপা লিশীং ১০ থেরতুন লৌরগ মীওেল্দা পীথোকপগি। শেনবুতুন শাওরতন কেশ তৌরকপদগি উকীলগ খিতুন কেশ তৌনদোশরুক নুংতুম মুওাইরমগনি হায়তুন ঙেৎব লাকইবনি।

খাহং: ঐখোয় বাঙ্গলাসিদা লৈবসি মুঙাইক্রা ?

মপা: মপানগি জেলখানাবুদি মঙুংগিসিন য়াম্না মুঙাইব হেন্নি ঐদি।

ক্ষা ১: করম্না অঙাওবা ?

মপা: ঐ ইচা নুংশি, মুপী মুংশি, মরূপ মপাং মরীমতা লৈবাকমচা পুম্নমকপু নুংশি। মুংশিবশিংগি অক্ষব থবক তৌনিংই, তৌদন লৈব ঙমদে। থবক অক্ষব তৌবদা শেল চংই, শেল চাদিং তৌব য়াম্না ঙমই, তানবদি কয়া হৈতে। তাং নমথাক চারোলন শেল তানব খর ঙম্মি, অংম্বমথৈ তাল্লগ মুংশিবশিংগি থবক খর তৌরম্মে। হুজিক নমথাক তৌনিঙাই লৈত্রে, ঐবু মীন বদমাসনি হায়ব মুম খংনরে। অপাম্ব থবক তৌব ঙমদন হিংত্তুন লৈব মপানগি জেলখানাসি অবাভম ওইরে ঐঙোন্দা। মুংশিব খঙই, মুংশিবগিদমক করিমতা তৌব ঙমদন লৈংবসি ঐ খাংত্তুন লৈব ঙমজদে। ময়াম্ন শৈবিরিব তীর্থ মফম অসে চেকথম্ন খাজিন্দুন সন্ত্রীন লাক্কুন ইনিং তৌব য়াদবনিন ঐগি থোইন য়ানিংঙাই লৈজদে। ইনিংতৌন লৈরগ মুংশিবশিংগি মতিক ওকপ থবক তৌবঙমদব স্বরাজ, মী ওৎপ স্বাধীনতাগি জেলখানা মপানগিগু ঐ খারে পামজত্রে; মরম অদুন ইনিংতম্বা য়াদব জেলখানাসিদা মুঙাইরুগে লাকচরিবনি।

ক্ষা: ১ ননিংতম্না মপান্দা লৈরগ হুরানব তমগে শেল তানগে হায়ত্রিব করিগিনো বুদ্ধ।

মপা: মপান্দা ওঝা অক্ষব থীব ফংদত্তুন সিদা ট্রেইনিং লাকচরিবনি।

কা১ঃ মসি কয়া পওখ্ৰব মানোনে। মসিদ লৈরিব হুরানবদ এম,এ দাকুদ বি,এ শিংসিদি ফেল ওাক্তনিনে ফেল। মপান্দা লৈহৌরিব অওম্ব অথোব চাওর চাওরব বাবুশিংহুদি পাক্কা চোর, মীন ফাব ওমদন হুরানব, পাস ওয়ালা ওাক্তনিনে। চোকীদা ফম্ব, লৈবাকপু নমথাক তৌব ওম্ব দাকুশিংহুদদি তমগে হায়দন।

মপাঃ মপানগি ওবা হুরানবসিংদি ব্যাহার লৈতে, লৈবাকপু উশিন্তন নমথাক তৌই। ঐদি হুরানবমক ওইরবস্থ মপুরু কৌন লোল্লুক লোম্ন হুরানব পামজৈ।

কা২ঃ নংন তম্লিব হুরানবগি মহৈহু ঐখোয়ন তম্বিরনি, মপানগি হুরানব মযাম মরক্তা নংন থোকথগ করি হুরাল্লনব তম্বিযু হায়রবনো? নবুক শেংদোকউ ঐগি ছাত্র ওইগে হায়রবদি।

মপাঃ চৌকীদ ফমতুন হুরানবশিংগি মহৈহু হুরাল্লগ লৈবাক্কী লনথুম মাংহন্দব পামই, অহু ওইরবদি ব্যবহার লৈন হুরানব কংবুস্ত হুরাল্লন পুক থন্নব লম্বী লায়ন শেম্ব য়াগনি। হুরানবগি মকোক্তি চোকীবালানি, মকোক তংলগ মমৈস্থ তন্দুন তোক্লখিনি।

( জেলারন নুপীমচা পুতুন চংলক, )

জেলাঃ করি ৱারীনো শারিহুবো? থবক্তি শুনগে হায়দনা? মপাসিং, সিদ লাও, নচানুপীগ মিনিট ৫দং ৱারী শাব য়াগনি।

( কাদোক অতৈ চংখিব, মপা মচা ওহাক ৱারী শাহনব, জেলার হকন্দোপা )

( মুপীমচান মপাবু খুমই

মপাঃ নহাক্কী পরীক্ষাদি করম করম তৌরব্বা ?

মুপীঃ নিংখিন তৌরম্মি, শোইদনা পাস ওইরক্কনি।

মপাঃ করেদা, করেদা। ইপান হন্দক তৌরিব থবকসি নং শাওব্রা ? ইকাইব্রা ?

মুপীঃ শাওদে করি শাওরুদগে ইরাইবক্কৌনি।

মপাঃ মসিদা লৈব ফাদোক খর জ্ঞান তাব অমদা ঐন হংই— "অরানব থবক তৌত্নুন ফাদোক তারকইব নং পাংদব মীরা ?" মান খুমই "পাংদব মী ওইরবদি ঐ করিগি আইন শিংনত্নুন অরানব থবক তৌরুনি। লৈরমইব আইন, সমাজগি চংনবী লাইবক থীব নখোয় ঐখোয়গি মীচং ওইরমল্লে। লাখপতি, মহাজনগি শেন্দোই / শেন্দোংন য়োকপ অঙাংগ নং ঐগি ইচাগ করম্ন ফিভম মান্নন লৈব য়াগনি ? লুপা ৩০০/৪০০ চাব, ঘূযন থা খুদিংগি ৫০০/৬০০ ভগি তাদন ফংব ইমুংগি মুপী অঙাং, মরীমতাগ, নখোই ঐখোয় মীচং লৈজদব, শেল লৈজদব, সঙ্গ ফাওবগি মুপী অঙাং, মরী মতাগ, মপু মনাইগি ফিভম নত্তন করম্ন লৈমিন্নব য়ানি ? অঙাং কয়াগি মপা লাইরব কয়াগি মরূপ ঐন ইচা ইনাওগি অবাব মুঙাইতব কোক্লব, করিমতা তৌব ওমদন, আইন ভক্ত প্রজা ওইন লৈগদ্রা ? নত্রগা লৈবাক্কী চুম্মনগি মখোয়রী মেৎতুন লুট চংনন থোন ফনা ফাদোক তারোইদ্রা ?" নিপা অসিগি পাওখুমসে বাজিগিগ ওখাক মায়ে। নচিন নৌপব্বা ইথাবু শাওগমু।

মুণীঃ বাজিগি শেন্দোল কোক্লব লৈবাক্তা সেবা মখা তৌথব ওয়ব লিশীং ৫০দা ইশাবু চিঠিখেলাদা য়োঙ্গদোরে বাজি তারব্রা ?

মণাঃ বাজি তারে। ইথব্বা কর্ম্মগি মহৈ চাদুন রাজগদবদা নংস্থ করিগি য়াওশিল্লক্কুনা পুন্সিবু মৈলুংদা সংশিন্নিবনো ? য়ারবদি মতু তোকউ, নহাক পুন্সি লোইশিল্লক্লব অহলগি মতৌ তমদুনা করিগি মুণ্ডাইরব পুন্সিগি য়াওশং য়াও-রোইদগে ?

মুণীঃ নচাগি পুক্নিং ওল্পরে বাজি, লৈবাক্তা সেবা তৌবন খাইদগি মুণ্ডাইরব পুন্সিগি য়াওশংনি হায়ব ভাব তাজরে, নচা মুপান বাজিদগি লৌরকপ ধম্ম' ঐঙোন্দসু তম্বিরে, থাংবৈ অমন অমবু চুখৎপগুম।

মণাঃ নৌপব্রা অণ্ডাওবদু জ্ঞান তারবকো। ঐগি ইচানিপা জমহেনবদো মরৈবাক মুংশিব খঙলব, মশাগি কায়ব থাদোক-পগি পুকচেল চেল্লবকো ! মংবু মান ধম্ম' তম্বিব হৈরবকো ! হা হা হা হা ............

ঐগি স্কুল মহৈ য়াল্লে, ঈশ্বর। মংগি কুপান ইচা অনীমক মমিৎ পাংলে। চৎকদব লম্বী মশক খঙলে। সিদগি হেন্না মুণ্ডাইব পুন্সিদা করি লৈরি ! বাঃ ! বেশ !

(জেলারন মতম হেল্লে লাওরকপা )

মুখাঃ টিকেট য়োনবদা লুপা লিশীং ৩০ য়োমদি শিংলে ৫০ পরপ পরপ ওরনি। থর লৈরগ উকীল; মহাজন, জজগংসু

তানরগ শেগ শিংদোকখ্ৎগ বাজিবু খাদোক্লব তৌজরক্কে।
ঐ চংচরে। (থুরুম্মগ চংখিব)

মপাঃ ঐগী ইচামুপী মশাগী কান্নব থীজত্রবী! হে ঈশ্বর, মতিকচাব বরদা ইচাবু কাওহনবিয়ুকে', ধর্ম্ম কাইজদবী ননাই মুপীমচানি। হে ভগবান!

(নোংথক্কা য়েংহুন কপ্পি কপ্পি মথুং লোম্লহুন বর নিব)

# লৈশাবী চিঠিখেলা

## ৩/৩

New School ইস্কূলগি বিল্ডিংদা Lottery draw তৌব লোইরে। মিষ্টর লাংদেম তোম্বন লুপা ১গি টিকেট লৈরগ শ্রীমতী মুপীমচা কাওখ্রে। মরূপ মপাং মরী মতা ময়ায়া রা রা তিন্দুন মুন্ডাইরে, কাওদব মহাজন

চিংগী লুপা লিশীং ২০ হেন্না মাংনরে, থরাই সুংডাইতনা ময়ুম ময়ুমদ হন্নখ্রে। কুম্মৈ য়েংব ভাবোক্না লম্বী চিংনা চাউনবা য়াখিল্লে। চয়োন অমগি মতুংদ লুহোংলগনি।

তোম্বা অমসুং সুপীমচা কেন শেৎলা চারবদুন মখুৎ শয়রবদুন লম্বীদা চৎলি। ময়াম্না আশীর্ব্বাদ পিনরম্মগা চৎনখ্রে। তোম্বন পায়জামা সার্ট অহৌব, ওয়েষ্টকোট ইচম চম্বা শেৎলি, সুপী-মচানফনেক ফজরব, সার্ট, কেরেপ ইন্নফী কবোক চাইবী ইল্লি, খোংউপ ১ তোংই। অসোমদ মনুংদগি লাওরকই':—লুপা লিশীং ৫০ দগি হেন্না টিকেট য়োল্লদে, লৈব নংনহোদে, লৈব নংহৌদব মথৌ য়ারোইবিনু। চিঠিখেলা লোইহ শ্রীলাংদেম তোম্বসিং দেশবন্ধু মহাজনগি কেরানীদ ফাওখ্রে। চয়োল ১গি মনুংদ লুহোংগনি। লম্বী থর থাদোকপীয়্, ময়াম্মক উবিগনি। নিপাগ সুপীগ খুৎ শয়রদুন চৎলিব অসিনি। লৈবাক্কী স্কুলবু সুংশিবিদুন টিকেট লৈবিদুন দান তৌবিবগিদমক স্কুলগি অমসুং Lottery গি Organisation ন হন্ন হন্ন থাগৎচরি।

সুপীঃ য়ুম কদাইরাইদা লৈবিবগে ?

তোম্বঃ দেশবন্ধু মহাজনগি হিঙ্গোল উরিবোক নাগ মপান্দ সঙ্গোইমচা অমদ তাংদুন লৈজে। (ইকাইন)

সুপীঃ ফন লাপইনা, মীকপো অম য়াইদুন তোংখিসিরা ? মীন য়েংবদ ইকাইবস্ত্র থর—

তোম্বঃ রিকশোগি ভারা পীনব ঐদি শেলবু অমত্ত য়াওজদে। (ইকাইব)

মুপীঃ খোঙন মুম চৎপ হায়ছনি, ঐশু ৬সি শেলগি ভাবক তৌরম্বে ইরাং লাংছন।

তোম্বঃ লাইবকথীব হায়বছনি মহৈ হৈব, শেলমু লৈব মত্তিম চাব নিপাদদি ফাওব্রছন ঐঙোন্দ ফাওরি।

মুপীঃ ফবু ফমনথে, ইরাইবক্ত ভহনি। লাইরিক কয়াম তম-খিহৌবগে? (ইংব, কেন)

তোম্বঃ শেল লৈজদছনা মেট্রিক পরীক্ষা থারমদাইদা তোকচবনি, মহাজনগি থমক তৌরিবসি থাদা ৩০ ফংজৈ। ৫দা হাপ্পিয়ু য়াদে, সঙ্গোইগি ভারা ৭॥ পীয়ু হেক্তা হায়।

মুপীঃ থাংব ওম্বদছন (নোকবেৎ তৌরগ) অতুদি মী কয়া চাই? চাব কোম্বব্রাও?

তোম্বঃ ইথন্দ লৈজৈ মরীমতা অনকপা লৈজব্রে। থাগি ৩০সিন ইথন্দগি পুক ফাওব নিংথিন থগ্রদে।

মুপীঃ ঐ য়াওরবদি চারা নামতা চাব তাম্বিব্রা নত্রগ ঐবু মীঙোন্দা য়োম্বোকপিগে থনবিবরা?

তোম্বঃ ঐ চাত্রবমু চয়া ২ চাবিয়ু ঈশিংদ থক্লগ পুক থনজনি। সন সগোলগুম্ব করিগি য়োল্লুদগে, ঈশ্বরন চানবিছন ফংজরকপ মণিবু। লাইররমু ঐ নহানি নিপাম্মচা অমনি।

মুপীঃ মহাজন দেশবন্ধুহ্ লুপা লিশীং ২০ হেম্র টিকেট লৈছন মাংই হাইব ভায়। লুপা কয়াগি টিকেট লৈবিবগে?

তোম্বঃ ঐগিদি লুপা ১ তাগ টিকেট লৈজবনি, লাইবক্ত মুম থোকউ হায়বছনা।

লুপী: মহাক্কন্ন খেমছন মঙোন্দা পীরো শেল য়াম্ন পীগনি হায়রবদি "মায়" হায়ব ওদ্বিগত্রাও ?

তোম্ব: মাগিদি হায়রুম্নু, বিলাট নিংথৌগি লুহুবকা ওন্নসি য়াজরোই, ঐগি হুকচাংদা মিহুল ছল্লিবমখৈ, ঐবুতুম মীওোন্দা য়োম্থোক-লিগন্নু, ইত্তিক চাদে—ইহৈ হৈতে, ইরল লৈজদে হায়ত্নন।

লুপী: তৌহৈদে অত্নুওস বাত্ন তাকপিগন্নু ঐন্নু মীতৈ চন্নু অমনি। থবাই য়াম্ন বারম্মি ইমাম্নব নত্তব, জাং তিন্নদব খোংত্তক মিতাংব, লাইথুং পকপ, লমচং নাইংব মীদা, লাইবক্ন তন্নগত্রা হায়ত্নন; চাব হাওংমদে, তুম্ব ঢারমদে। ইগুং ইমাম্নব, মরিংজেল লৈরমগদব. লৈবাক ক্সুংশিব কাংবু অচুম্ব পামগদব নহাদ থোক্রম্বসি ওস্থাক্ন মুত্তাইজখ্রে। হোংন লুপা ১ দা ফংবিরবম্নু অতাংব পোংনি হায়ব পুন্সিদা প্রমান পীজগনি লৈমিন্নরগ খওবিনি।

তোম্ব: অতাংব পোংক থম্মিন্নবদা মতিক গানব, থবাইবু উফুলওম্ন পাম্মুদন হোংনজনি।—

নত্তে, য়ুমদা লৈহৌখিগেরাও—ওদিমক ঐগি শক্লোন অচুদা চংলগত্রাও ?

লুপী: নসনবু সক্লোন্দা থমত্রবদি মীথুংতা থম্ব নুংশা থীত্রাও ? (মিংচিন কেনা)

তোম্ব: মহারাজ ইবুঙো ওসিগি ঐমুক মুংঙাইবিরিত্রাও!

লুপী: "অত্তাওবী ১ খুল্লগ নং মঙাইরে" হায়রবদি মীব ?

তানরগ শেগ শিংদোকখ্রগ বাজিবু খাদোক্লব তৌজরকে। ঐ চংচরে। (থুক্রম্মগ চংখিব)

মপাঃ ঐগী ইচানুপী মশাগী কান্নব থৈজরবী ! হে ঈশ্বর, মতিকচাব বরদা ইচাবু ফাওহনবিয়ুকো, ধর্ম্ম কাইরদবী ননাই নুপী-মচানি। হে ভগবান !

(নোংথক্তা য়েংহুন কপ্লি কপ্লি মখুং লোয়হুন হর নিব)

# লৈশাবী চিঠিখেলা

৩/৩

New School ইম্ফালগি বিল্ডিংদা Lottery draw তৌব লোইরে। মিষ্টর লাংদেম তোম্বন নুপা ১গি টিকেট লৈরগ শ্রীমতী নুপীমচা কাওখে। মরুপ মপাং মরী মতা ময়াম্না বা বা তিন্দুন নুঙাইরে, কাওদব মহাজন

চিংব লুপা লিশীং ২০ হেন্ন মাংনরে, থবাই মুংঙাইতন ময়ুম ময়ুমদ হন্নখে। কুম্মে য়েংব ভাবোক্ক লম্বী চিংন চাইনব য়াখিব্রে। চয়োন অমগি মতুংদ লুহোংলগনি।

তোম্ব অমসুং মুপীমচা কেন শেংল চারন্থুন মখুং শন্নহুন লম্বীদা চংলি। ময়াম্ন আশীর্ব্বাদ পিনরম্মগ চংনখে। তোম্বন পায়জামা সার্ট অচৌব, ওয়েষ্টকোট ইচম চম্ব শেংল, মুপী-মচানফনেক ফজরব, সার্ট, কেরেপ ইন্নফী কবোক চাইবী ইন্নি, খোংউপ ১ তোংই। অসোমদ মমুংদগি লাওরকই':—লুপা লিশীং ৫০ দগি হেন্ন টিকেট য়োঙ্গদে, লৈব নংনহোদে, লৈব নংহৌদব মথৈ য়ারৌবিব্রু। চিঠিখেলা লোইবে শ্রীলাংদেম তোম্বসিং দেশবন্ধু মহাজনগি কেরানীদ ফাওখে। চয়োল ১গি মতুংদ লুহোংগনি। লম্বী থর থাদোকপীয়ু, ময়াম্মক উবিগনি। নিপাগ মুপীগ খুং শন্নহুন চংলিব অসিনি। লৈবাক্কী স্কুলবু মুংশিবিন্থন টিকেট লৈবিন্থন দান তৌবিবগিদমক স্কুলগি অমসুং Lottery গি Organisation ন হন্ন হন্ন থাগংচরি।

মুপী: য়ুম কদাইরাইদা লৈবিবগে ?

তোম্ব: দেশবন্ধু মহাজনগি হিন্দোল উবিবোক নাগ মপান্দ সজোইমচা অমদ তাংহুন লৈজে। (ইকাইন)

মুপী: কন লাপইনা, য়ীকশো অম য়াইহুন তোংখিসিরা ? মীন য়েংবদ ইকাইবসু থর—

তোম্ব: রিকশোগি ভারা পীনব ঐদি শেলবু অমত্ত য়াওজদে। (ইকাইব)

মুপীঃ খোঙন শুম চৎপ হায়রুনি, ঐশু ওসি শেলগি ভাবক তৌরুম্বে ইরাং লাংহুন।

তোম্বঃ লাইবকথীব হায়বহুনি মহৈ হৈব, শেলসু লৈব মতিক চাব নিপাদদি ফাওব্রহুন ঐঙোন্দ ফাওরি।

মুপীঃ কবু কমনখে, ইরাইবরু ভম্বনি। লাইরিক কম্বাম তম-বিহৌবগে ? (ইংব, কেন)

তোম্বঃ শেল লৈজদহুনা মেট্রিক পরীক্ষা থারমদাইদা তোকচবনি, মহাজনগি থমক তৌরিবসি থাদা ৩০ কংজৈ। ৫দা হাপ্লিয়ু য়াদে, সঙ্গোইগি ভারা ৭॥ পীয়ু হেক্তা হায়।

মুপীঃ থাংব ওরদহুন (নোককেৎ তৌরগ) অহুদি মী কম্না চাই ? চাব কোম্নব্রাও ?

তোম্বঃ ইথন্দ লৈজৈ মরীমতা অনকপা লৈজদ্রে। থাগি ৩০সিন ইথন্দগি পুক ফাওব নিংখিন থগ্নদে।

মুপীঃ ঐ য়াওরবদি চারা নামতা চাব তারিব্রা নব্রগ ঐবু মীঙোন্দা য়োম্বোকপিগে থরবিবরা ?

তোম্বঃ ঐ চাব্রবসু চরা ২ চাবিয়ু ঈশিংদ থক্লগ পুক থনজনি। সন সগোলওম করিগি য়োল্লুদগে, ঈশ্বরন চানবিহুন ফংজরকপ মণিবু। লাইররসু ঐ নহানি নিপাম্মচা অমনি।

মুপীঃ মহাজন দেশবন্ধুনু লুপা লিশীং ২০ হেন্ন টিকেট লৈহুন মাংই হাইব তায়। লুপা কয়াগি টিকেট লৈবিবগে ?

তোম্বঃ ঐগিদি লুপা ১ তগি টিকেট লৈজবনি, লাইবরু মুম থোকউ হায়রবহুনা।

ফুপীঃ মহাকন্ন খেমঙন মঙোন্দা পীরো শেল য়াম্ন পীগনি হায়রবদি “মায়” হায়ব ঙম্মিগত্রাও ?

তোম্বঃ মাগিদি হায়রুন্নু, বিলাট নিংথোগি লুহুবকা ওন্নসি য়াজরোই, ঐগি হকচাংদা মিহুল হল্লিবমখে, ঐবুতুম মীঙোন্দা য়োম্মোক-ম্মিগনু, ইত্তিক চাদে—ইহৈ হৈতে, ইরল লৈজদে হায়হুন।

ফুপীঃ তৌহৈদে অদুঙম্ব রাজ্ঞ তাকপিগনু ঐন্ন মীতৈ চন্ন অমনি। থবাই য়াম্ন রারম্মি ইমান্নব নত্তব, জাৎ তিন্নদব খোংঙেক মিতাংব, লাইথুং পকপ, লমচৎ নাইশব মীদা, লাইবক্ত তন্নমগত্রা হায়হুন; চাব হাওবমদে, তুম্ব য়ারমদে। ইঙং ইমান্নব, মরিংজেল কৈরমগদব, কেলাক ফুংশিব কাংবু অচুম্ব পামগদব নহাদ থোক্রম্বসি ওম্বাক্ত মুঙাইজখে। হোংন লুপা ১ দা ফংবিরবম্ম অতাংব পোৎনি হায়ব পুন্সিদা প্রমান পীজগনি লৈমিন্নরগ খঙবিনি।

তোম্বঃ অতাংব পোৎক থম্মিন্নন্দা মাতক লনব, থবাইবু উকুলঙুম্ন পাম্মুদন হোংনজনি।—

নত্তে, যুমদা লৈহৌখিগেরাও—ঙসিমক ঐগ শঙোন অহুদা চৎলগত্রাও ?

ফুপীঃ নসনবু সঙোন্দা থমত্রবদি মীথুংতা থম্ব নুংশা থীত্রাও ? (মিৎচিন কেনা)

তোম্বঃ মহারাজ ইবুঙো ঙসিগি ঐমুক মুংঙাইবিরিত্রাও!

ফুপীঃ “অঙাওবী ১ থুন্নগ নং মঙাইরে” হায়রবদি মীব ?

তোম্বঃ নহানমখৈ মরল ময়াম লেমন্তন ইমাংদা উংলম মহাজন,
ঙাসিদগি মতিকচাব লমন শিংবিগে খঙগনি।

মুপীঃ হৈমা করিনি হায়গে ! থবাই মুঙাইরগ মীবু মাহনগে, হাংকে
তুপকে লৈতুম থাগে খনব হৌনব্রাও ?

তোম্বঃ হেরা ফত্তব রা নত্তেদা, চুম লকুগে তৌবনি কাগি ওইনা।

মুপীঃ লকুবিকম মাই কৈমু, মী লকুবদগি খংনরক্তুন ঐখোয়
বাক্সিহ্‌ জেলখানাদ।

তোম্বঃ ঙাইখো ঙাইখো শাওখিমু, নংন লকুহল্লিংব্রবদি মহাজনদি
খম্মো, পৃথিবীদা লৈব মীদগি তৌল মচা মচাকাওব ফুকলক
লকুজরোই ইবেম্মা, নংদা শাওবিমু। নংন শাওরগ, অসাই
অতুক মুঙাইরম ঐসে, থবাই রাই নিংদোল চিং-চিং
চোংহ।

মুপীঃ শাওব নত্তে, ঐদি শাওব হৈজদে।

তোম্বঃ শাওবমু হৈতব ! ২ঃ ! ঙসিসি মঙ নত্রবদি মুঙাইগুনিদা।

# লৈশাবী চিঠিখেলা

৩/৪

তোম্বগি শুমাং, মুখিদাংবাই ফক ১ মাঙ্গোন্দা থারি,
লালটেন ১ থাম্লি মমলি মমলি। চৌকী মচা ২ দা মহাজন
অমসুং কিরণসিং কেন নহাওম শেংলক্লুন কমক্লুন বারী
শারী—শেল মাংবগি থবাই মুঙাইতবন মমাইদি কাহৎলে।

দেশঃ হরে হরে, লিশীং ২০! লুপা ৫ দং শেন্দোই ফংনব ১০০
পুথোকপদা শেন্দোনবত্থু চেনখিত্রা শিখত্রা মুংশা থীরিব,
থা ১'গি মুমিৎ ৩০ থু ভাইবদনা রারিব। লিশীং ২০
অরেম্বদা মাংলেদো কিরণসিং অহনথংদা লৈশাবী পাম্মূবদগি।
নংনম্থু খামগে হায়দেদো, লিশীং ২০, লুপা মীপোৎ
তরেংনিদো কিরণসিং। জেলখানাদা মপা শিব থোকলো
মঙলাক্লুন লিশীং ২০ অমগ লিশীং ৪০ মাংলেদো, ঐ মুৎলে,
ঐ মুৎলে।

কিরণঃ করিনোনে ভাইবুঙো, হয়েং নোং ঙানবদা মপা হন্দোক-
লরনি লুপা লিশীং ২০ অমাদ থিরনি, করিগি ৪০ মাংলুদগে?
টিকেটতুমু ঐদি ভাইবুঙোদা হায়জবাও? লুপা ১০০/২০০দা

লৈছুন য়েংসি, ফাও হায়রগ মরাইন কাওজবি মহাক। তাইবুঙোন শোইদন কাওদব য়াদে, লিশীং ১গি লৈরু, ৫গি লৈরু, ১০ গি লৈরু, তোনথি্র ২০ দু ওনবা লাইবক য়েংলসি মতাকপিদো?

দেশঃ মংন কয় খাম্মবদবু ঐন্দু ইকাইরোইব্রাও? অছুক য়াম শেল, মীপোৎ তরেৎ, লুপা লিশীং ২০, উৎ-ওয়েদো কিরণনসিং, ওানপ অতেকপা চরা অমকাওব চাওোদেদো কিরণসিং। মখোইগিছুবু যাছুগি চিঠীখেলারা নহায় কিরণসিং?

কিরণঃ কদায়দগিনো তাইবুঙো? লৈবাক ময়ামগি মমাংদা তৌরিপোৎনি, মরাইবক অশেংবনি। ঐখোয় তোম্বদি লুপা ১ ভগি টিকেটন ফাওবনিদা।

দেশঃ লিশীং ২০ হা হা, লাইন মাংইদা অছুক য়াম টিকেটপু অমত্তকাওব ফাওরক্কবদি, সত্তা লাই য়াওইহায়। লিশীং ২০ অরেম্বদা মাংলে কিরণসিং।

কিরণঃ মাংওই বুদ্ধি অম লৈরি তাইবুঙো।

দেশঃ করি বুদ্ধি কিরণ বাবু? করি উপায় লৈরি? সিকি অমত্তা ওইরবস্থ হুজিল্লরুব উপায় পিয়ু কিরণসিং ঐপি মতিক চারব মেনেজায়?

কিরণঃ হুন্দক ফাওরিব নিপামচাসি তাইবুঙোগি মচা ননাই কেরানী তোম্বনি। মাল মচু সঙ্গোইসিদ পুরক্কদৌরিবনি। তাইবুঙোগি শেলছু পুম্মাং মাংবদি ওইরোইদনা করিনো?

লেন্দঃ করম্না কিরন ? শরেং অচৌবনি থোংলগ চামিন্ননি হায়বদি নত্তনা মী মচা মবুক ফত্রব তোম্ব, ঐবু শিংন্থন লৈন্নিব অণ্ডাং অসিন ঐগোন্দা করি মদৎ পীগনি ! নহানি মহাক ঐন হন্দোকে য়াগত্রাও ? য়াবু য়ারবদি লিশীং ২০ অম মগোন্দা পীগে। লাকচৈনে কিরন বাবু, শেল পাম্ম নিংদেনে। অং তাংমব চমগত্রা ? ঐন অসাই হংজুন ম্বেংবদদি য়ানিং লেমৈ মবুক মচা পিশজুন, কৈ মচা য়োকপগি কান্নদব হায়বহুনে। তৌবিমল খুণ্ডদব তাইবং মী ! মরম অন্তুন লখোরবু অণ্ডম মীন মতিক চান লাক্লবনে।

কিরণঃ লুন তৌরগ নিংখিন ইংন থেম্মগ য়াগনি তাইবুগো। লুপা লিশীং ২০ পীরবদা থাদা ৩০ন মবুক থনব কেরাণী মান য়াদবগি মথৌ লৈত্রাও ? লিশীং ১গি ১০০/১০০ পীব লৈশাবী মগোন্দগি হেনব ১০ ফংগনি। লেম্মব লিশীং ১৯ ন ময়ুম মাপল শারগ ৩০০/৩০০ পীব ওঝাগি ফমহু ১০ ওইশিল্লগ তওথাই চাবীদা মী ১০ নেজুন কাহল্লগ হৌদোক্লব য়ানি হায়ব খুণ্ডদব অণ্ডাং তোম্ব নত্তে। লুন তৌবয়ু থেম্ব য়ানি তাইবুগো। শেলগি মমাংদা থাংব চমগদব মুপীমচা নিপাম্মচা লৈত্রনে তাইবুগো ? চাওর চাওরব বাবু বাবুনী অণ্ডম অণ্ডম্বী জজ জজণ্বী, তলব চাওন চাব অহল ফাওব, লুপা থরগি অন্নানব দম্বী চৎসি য়ারিব শেলগি তাইবংপান নত্রাও ? নিংখিন থেম্ব হাত্রগ মুন্দুন লৌনিব বুদ্ধি লৌশিং পুথোকপ ওম্ব কিরণসিং লৈরিগুদ তাইবুগোগি অবাংপ করিবু লৈগদগে ?

তোম্বঃ নহানমখৈ মরল ময়াম লৈমন্তন ইমাংদা উংলম্ব মহাজন, ওসিদগি মতিকচাব লমন শিংবিগে খওগনি।

মুপীঃ হৈমা করিনি হায়গে ! থবাই মুওাইরগ মীবু বাহনগে, হাংকে তুপকে লৈতুম্ম থাগে খনব হৌনরাও ?

তোম্বঃ হেরা ফত্তব বা নত্তেদা, চুম্ম লকগে তৌবনি কাপিওইনা।

মুপীঃ লক-বিরুম্মু মাই কৈস্থ, মী লকুবদগি খংনরকুন ঐথোয় বাজিহ্ জেলখানাদ।।

তোম্বঃ ভাইখো ভাইখো শাওখিম্মু, নংন লকুহন্নিংবরবদি মহাজনদি খস্মো!, পৃথিবীদা লৈব মীদগি তৌল মচা মচাকাওব মুকলক লকুজররোই ইবেম্মা, নংদা শাওবিম্মু। নংন শাওম্মল অসাই অত্তুক মুওাইরম্ব ঐসে, থবাই বাই নিংদোল ভিং-ভিং চোংহ।

মুপীঃ শাওব নত্তে, ঐদি শাওব হৈজদে।

তোম্বঃ শাওবস্থ হৈতবা ! বঃ ! ওসিসি মও নত্রবদি মুংওাইথ্রুনিদা।

# লৈশাবী চিঠিখেলা

৩/৪

ভোম্বগি শুমাং, মুম্বিদাংৱাই কক ১ মাঙ্গোন্দা থারি, লালটেন ১ থাল্লি মমলি মর্মলি। চৌকী মচা ২ দা মহাজন অমসুং কিরণসিং কেন নহাগুম শেংলসুন ফমসুন ৱারী শারী—শেল মাংবগি থৱাই মুত্তাইতবন মমাইদি কাহৎলে।

দেশঃ হরে হরে, লিশীং ২০। লুপা ৫ দং শেন্দোই ফংনব ১০০ পুথোকপদা শেন্দোনবসু চেনখিত্রা শিখত্রা মুংশা থীরিব, থা ১ গি মুমিং ৩০ সু ভাইবদনা ৱারিব। লিশীং ২০ অরেম্বদা মাংলেদো কিরণসিং অহনথংদা লৈশাবী পাম্মুবদগি। নংনসু থামগে হায়দেদো, লিশীং ২০, লুপা মীপোৎ ভরেংনিদো কিরণসিং। জেলখানাদা মপা শিব থোকলো মগুলাক্লসুন লিশীং ২০ অমগ লিশীং ৪০ মাংলেদো, ঐ মুৎলে, ঐ মুৎলে।

কিরণঃ করিনোনে তাইবুঙো, হয়েং নোং ঙানবদা মপা হন্দোকলরনি লুপা লিশীং ২০ অমাদ থিরনি, করিগি ৪০ মাংলুদগে? টিকেটসুসু ঐদি তাইবুঙোদা হায়জত্রাও? লুপা ১০০/২০০দা

লৈছন য়েংসি, ফাও হায়রগ মরাইন কাওজনি মহাঁয়ি।
তাইবুঙোন শোইদন ফাওদব য়াদে, লিশীং ১গি লৈরু,
৫গি লৈরু, ১০ গি লৈরু, তোনথ্রিব ২০ চু চুনব লাইবক
য়েংলসি মতাকপিদো ?

দেশঃ মংন কয় খাম্নবদবু ঐন্থ ইকাইরোইদ্রাও ? অদুক য়াম
শেল, মীপোৎ তরেৎ, লুপা লিশীং ২০, উৎ-ওয়েদো
কিরণনসিং, ঙানগ অতেকপা চরা অমফাওব চাকৌদেদো
কিরণসিং। মখোইগিদুবু যাদুগি চিঠীখেলারা নহায় কিরণসিং ?

কিরণঃ কদায়দগিনো তাইবুঙো ? লৈবাক মরামগি মমাংদা
তৌরিপোৎনি, মরাইবক অশেংবনি। ঐখোয় তোঝদি
লুপা ১ তগি টিকেটন কাওবনিদা।

দেশঃ লিশীং ২০ হা হা, লাইন মাংইদা অদুক য়াম টিকেটপূ
অমত্তফাওব ফাওরক্তবদি, সত্তা লাই য়াওইহায়। লিশীং
২০ অরেম্বদা মাংলে কিরণসিং।

কিরণঃ মাংওই বুদ্ধি অম লৈরি তাইবুঙো।

দেশঃ করি বুদ্ধি কিরণ বাবু ? করি উপায় লৈরি? সিকি
অমত্তা ওইরবস্থ হুঞ্জিল্লরুব উপায় পিয়ু কিরণসিং ঐগি
মতিক চারব মেনেজার ?

কিরণঃ হন্দক ফাওরিব নিপাংমচাসি তাইবুঙোগি নচা ননাই
কেরানী তোঙনি। মাল অদু সঙোইসিদ পুরকদোরিবনি।
তাইবুঙোগি শেলদু পুম্নাং মাংবদি ওইরোইদরা করিনো ?

[illegible]ঃ কয়া কিরন ? শরেং অচৌবনি থোংলগ চামিননি হায়বদি নত্তনা মী মচা মবুক ফত্রব তোম্ব, ঐবু শিংহুন লৈরিব অপ্তাং অসিন ঐঙোন্দা করি মদৎ পীগনি ! নহানি মহাক ঐন হন্দোকে য়াগত্রাও ? য়াবু য়ারবদি লিশীং ২০ অম মঙোন্দা পীগে। লাকচৈনে কিরন বাবু, শেল পাম্মু নিংদেনে। মং ঙাংনব ঙমগত্রা ? ঐন অসাই হংহুন য়েংবদদি য়ানিং-দেস্রে মবুক মচা পিশক্তুন, কৈ মচা য়োকপগি কান্নদব হায়বহুনে। তৌবিমল খঙদব তাইবং মী ! মরম অহুন নংণোরবু অঙম্ব মীন মতিক চান লাক্কবনে।

কিরণঃ লুন তৌরগ নিংখিন ইংন থেম্মগ য়াগনি তাইবুঙো। লুপা লিশীং ২০ পীরবদা থাদা ৩০ন মবুক থনব কেরাণী মান য়াদবগি মথৌ লৈত্রাও ? লিশীং ১গি ১০০/১০০ পীব লৈশাবী মঙোম্নগি হেনব ১০ ফংগনি। লেম্মব লিশীং ১৯ ন ময়ুম মাপল শারগ ৩০০/৩০০ পীব ওঝাগি ফমহু ১০ ওইশিল্লগ ভত্থাই চাবীদা মী ১০ নেক্তুন কাহল্লগ হৌ-দোক্কব য়ানি হায়ব খঙদব অঙাং তোম্ব নত্তে। লুন তৌবিয়ু থেম্ব য়ানি তাইবুঙো। শেলগি মমাংদা থাংবে ঙমগদব মুপীমচা নিপাম্মচা লৈত্রনে তাইবুঙো ? চাওর চাওরব বাবু বাবুনী অঙম্ব অঙম্বী জজ জজম্বী, তলব চাওন চাব অহল ফাওব, লুপা থরগি অরানব লম্বী চৎসি য়ারিব শেলগি তাইবংপান নত্রাও ? নিংখিন থেম্ব য়াদ্রগ মুম্দুন লৌনব বুদ্ধি লৌশিং পুথোকপ ঙম্ব কিরণসিং লৈরিঙৈদ তাইবুঙোগি অরাংপ করিবু লৈগদগে ?

দেশঃ সাবাস, কিরনসিং সাবাস ! নংন মহুম পাম্বোম তিংবদি ঐ থাজরে, মুভাইরে কিরণ বাবু। পাম্বগি নত্তে, লাকচৈ হায়বা।

( মপান্দগি ব্লারী শাহুন লাকপ তায় )

তোম্বঃ ঐগি সঙ্গোনগুম য়ুমদা নংবু পুশিনগদোবসি ইকাইথেদ্র সত্য।

মুপীঃ ঐখু লমলানবনি হায়ত্নন ইকাইদোরিব্রাও? চংলো চংসে কৈস্থ ইকাইরনো। য়াত্রগ লৈক্তহৌ ঐদি চংলনি ইয়ুমদা। ( পরপ পরপ মথন্দা চংলকপা মী ২ উবদা ইকাইহুন মকোক থুম্ব থংলেপ লেপ্প )

কিরণঃ লাও লাও, ইচাসিদি লাও নয়ুমদা।

দেশঃ চংলকউ, চংলকউ করিশ্নু হঙ্গোইম্নু। উরিব বাঙ্গলাসিম্ন নখোইনীগিনি করিমতা ঃাংলোই কদায়দা লৈহৌরে ঐগি ইচা নিপাহুদে?

মুপীঃ য়ুম ইকাইজৈ হায়হুন মপান্দা ওইনহৌরি।, ঐ কাহুন পুজরক্কে। (চংলগ) কৈদোন ইকাইরিবনো লাকও হায়মি? ( মথুং চিংহুন ইকাইরব তোম্ববু পুশিল্লকপ। তোম্বন মহাজন থুরম্ব, মুপীমচান্ন থুরুম্ব )

দেশঃ মখোইনী য়ুমজাও বাঙ্গলারোমদা ঐগ পুন্না লৈরগদোবনি, অসোমদ চংসি চংলু। সঙ্গোন অসিদা লৈব হৌনব্রাও?; নংবু কনানো ইচা নব্রাও? নংগি মুপীসিন ঐগিদি ইমৌ নব্রাও? করিমতা হঙ্গোইগন্নু য়ুমজাওদ পুন্ন হেক্তা।

তোম্বঃ সঙ্গোইগি ভাঁরামকস্সু পীব ওমজদবদা য়ুমজাও বাজলাদা লৈব ইতিক নচ্চদে।

দেশঃ হায়, করিগি ভারানোনে বুত্থ ? নংবু ঐন মতিক চান জ্ঞান তানব অর্থনীতি তম্বিবনিনে। নং ঐগি ইচানিনে; ঐগি লৈরিব লন থুম পূন্নমক নখোইনীগি ওইজহৌগদবনিনে মরম্সু ওক্লংদি, হান্নববু ইল্লবদি।

কিরণঃ জ্ঞান তাও তোম্ব ইবুঙো মহাজনবু নপাগুম্ন খল্লু, নংগি পোং মাগি পোং খান্নগনু, লৈরিব লনথুম মান্নমসে নখুৎতা তাদোবনি খংউ। লম হেনগনু অহল লমন্ন হায়ব ইল্লু। অহলন হান্নববু ইল্লবদি নংগি য়াংকদব করিনো ? হেক হায়'রববথৈ ইল্লু, নবুকচেল পিকনু অঙাং, মুঙাই য়াইকন নপুন্সি লেনগে হান্নরবদি। ওসিদি ঙানপ অতেকপ চাদব তৌহৈদে, খৈদেন্দা চেল্লু মী লৈতে নশান চেন্দুন হেক্তা লৈরু। তাইবুঙো শেল খাংউ, অরৈ অরৈব ১তগি ভাবতা লোইনগদবনি।

দেশঃ (লুপা ১ হুন্দুন পিরগ) সে অতুন লৈরু।

তোম্বঃ খৈদেন্দা ইমানি ঙা লৈমিন্নরুসিরা ? ইকাইব্রাও ?

দেশঃ চরোনহায়, মসি অঙাংসে, মীগি ওসিদ লাকচরিব মো অনৌবীবু উচান মৈখু খৈদেন্দা ঙানপ অতেকপ লৈবদা পুব. হৌনব্রাও ? ইকাইরোইদ্রাও ?

মুংপীঃ ঐবুদি করিম্নু ইকাইজরোই, ইকাইব খংদবীনি।

দেশঃ তুমিন লৈয়ুনে, মো অনৌবান মচিন স্নুক কনবদি, লিন্নী খোইরীন লৈগেদি হায়দনা ?

কিরণঃ লম হেনগনু, অহলন হায়ব ইনগদবনি নহাদি। তোম্বঃ নথন্দা চৎলু, নংগি মুপীসি মাংহল্লোই, খুড়ান জামিন য়ানি, মাংখিব থোক্লবস্থু মাগুম্ব ১১ শিংবিনি।

( মুপীমচান মুংশাথীন য়েংব )

দেশঃ চৎলুনে নিপাম্মচা, পংচোপ চোপকনুনে। জীপ লৈবিখিগে কোয় চৎমিল্লৌনে।

তোম্বঃ ঐ গুহাক চৎলুখিগে থুরেমখৈ লাক্কোকো।

দেশঃ হায়ত্রবস্থ খণ্ডলে চৎলো থিল্লেনে খৈদেন খমদোরম্মনি

( তোম্ব পরপ পরপ চৎখিব )

কিরণঃ তাইবুঙো, অঙাংশিংসিগ য়ুমঙ্গাও বাঙ্গলাদ পূন্ন লৈমিন্নবন খুদোংচানিনেকো, চাক ঈশিং হুজিক্তি মুপীমচাসি লৈরবনিন, মী নেক্তব য়ারে, ফরেদা! লাইরিকস্থ বি,এনি, হিসাব মুংসাব গুবস্থ য়ারয়োই, লুপা সনা লিক্কোন মমল য়াম্ব পোৎমখৈ শিন্নবদা, মতিক চাব মুপীমচা, মশক মতোম্থ য়াৎতবী অম ফংবিরবনিন, ফরেদা। বি,এ ওইরবস্থ মুপীমচা, নং, মীয়োল খণ্ডখিরোই, খুড়াখোয়ন হান্ধব ইল্লু। অহল লময় হায়ব ইল্লু, মাবু মুংশিয়ু, নরল নথুম, নরিক নকোল, করিমতা য়াৎলোই, নপা শক্লব মহাজন হায়রিবমখৈ য়াও, নংগি করিমতা য়াৎলোই।

দেশঃ হুজিক্তি তোংবিনিংডাই মী লৈরবনিন মখোয়গি জীপ হায়হুবু লিশাং ৫/৬ কা পীব অমতং কিরণ বাবু থর তাবিগ রকউনে?

কিরণ: হায়দুন কাংদে, মুপীমচা নংন জ্ঞান তারগ জীপ কাম, সনা লুপা, মরৈ, পরেং, নংগি ডাক্ত ওইগনি। তোম্ব হায়রিব অপঙবসে. নংগি খুদোম্বীদা লৈব য়াপোৎনি, তোম্বন হায়বদি ইল্লোই হায়রবস্ম তোকউ, তোম্বগি বিধাতা, অহল অসিন হায়রিমখৈ ইশ্বরবদি, নঙোন্দগি হেন্ন লাইবক কব মুপী, মণিপুরদা লৈত্রে, হায়দুন কাম্নদে নং জ্ঞান তাও। ইহে, লৈম শ্লেংইঙৈদা খুমু কাব তারে, তাইবুঙো ঐ অরুব থবক অম শোইব তারে ওহাক্তং—।

দেশ: ফরে ফরে, চৎলো চৎলো। লেপকম্ম মুপীমচা চৌকীদা ফম্মোনে।

মুপী: এ: ফমজদ্রবম্ভ য়ানি।

দেশ: ইকাহনু ফম্মু নম্মুমনি থল্লো।

( ফাতুন ফমহনব ইহং হংগোইদনা )

মীতোপ নত্তে, ঐঙোন্দদি করিমতা কোয়গনুনে। নহাক্তী নশুংলাংগিদমক, ফনথুম, মিংচৎ ইজৎ, ইকাই ইকি করিমতা থোওইত্রব ঐঙোন্দা, নহাক্ত অত্বক কোয়ন থনবদি, মুংশি হৈতব তমথীরব মীগি মচৎনি। নংদি বি,এনি, শংউনে ওইজব খংউনে।

মুপী: বাজিন লাকই হায়ব্রা হুরাল্লি হায়ব্রা ইপজ ইবুঙোগি লুপা লিশীং ২০দু, হয়েং শিংজরগ বাজিবু থাদোকাপিব য়াগদ্রা ?

দেশ: লিশীং ২০ দু শিংত্রবস্থ, নংনবু নপাগুম্ন মুংশিব খজনবদি, লৈবাকমচা তাত্রবদি, হয়েংমক থাদোকপ ম্লাগনি। লিশীং ২০ পাম্মুব মী নত্তে, ২০ অমন টিকেটা মাংখ্রে, খু অমস্থ ময়েক ওইন নখুৎতা হাপকে, মত্থুগি মবক্তা ঐগি সনা লুপা, লিকোল— (ইমুংদা চংলগ উপূ মচা, বেগ ফজরব ২ পুথোক্লুন য়েংংনব মঙোম্দা পীব) নংগি লোইন ওইগদবনি। তে স্ব হায়রিব নিপাম্মগাসে, মমা মপা লৈত্রব, তোল্লব অঙাংসে, ঐথোয়নীগি মীনাই ওইন অহুম মরাইন লৈজনি।

(তোম্বন খাংপোক্নী য়েন্নখাদা লোম্ন য়েংই তারি, মখোয়নীবু খঙহন্নন, মুপীমচান পোৎশিংদু পায়ু শোকউ ম্লাদে, লিক পরেং মঙক্তা শিবিগে তৌবস্থ য়াদে।)

মুপী: লাইবক মীনাই তোম্বগি মীনাই তোম্বো ওইম্ন ভ্রমখ্রে। ইপল ইবুঙো, ঐবু নচাগুম্ন খনবিয়ু। ননাই বাজিবুম্ন থাদোকপিয়ু, তোল্লিবা শেলশিংদু চপ চান শিংজল্লগ।

দেশ: লম হেল্লবদি, জ্ঞান তাত্রবদি, নপাস্থ চহী তত্রেং জেলং থানাদা থমগনি। নংগি নিপাসিগ মান্নহুন, নংগি ম্লাংনব শিনবদা ঐগি অরৈব শেল পুম্নমকসি শিজিন্নগনি। নংম প্রামজব, লৈবাক্নী ফনব থবক্তা, শেল মন্নামসি শিজিনব ম্লানব, ঐন হায়ব ইনগেরা? নত্রগা, নপাবু জেলদা শিহনব, অদুগ নশাগি ইজৎ, নথন্নাই, লোইন ম্লাংগেরা? অপাম খন্নু।

ছুপী: শেল মন্নামদো, মীগি কনব শিজিন্নবগি মহুৎতা, ইপা ইচা হাংনব শিজিন্নবিরগ, করি কান্নদগে ইপল ইবুঙোদ ?

দেশ: নংস্ত্র মীনি, নপাবুংস্থ মীনি, নখোয়গি কান্নব মফমদা ঐগি শেল ময়াম, ঐঙোন্দা কান্নব্রবসিংসে শিজিন্নৌ, থরাই শোক্ল নংগিদমক ঙাওরব, ইজৎ মাংলব, ইকাই ইকি থংব্রবা ঐগি, পুন্সিগি পাকল, ঐঙোন্দ কান্নরব নংদ ঐগি ওইয়ু। করিগি বেন্না ভোরি ?

ছুপী: থর লৈরবদি পোক্ল পুমঙো ঙোরনি, খ্বাং কোন্দুন চৈস্থ পায়হুন চৎলনি, য়া থাওররোই, উন খুইরনি, মিৎ উররোই নাপওলনি। ঐবু ইপল ইবুঙোন কৈদোনদোরিংনো ? বৈতরনী তুরেল লানবদ ঐন খুৎ শমহুন পুব থাগদবস্ত্র নত্তে।

দেশ: বৈতরনী তুরেন্দো খুৎ শম্বিস্থ ইথন্দা লাঞ্জগে, হুজিক মিৎন উরিব ইম্ফাল তুরেলসিদ, নং থর লানবিরোরাও মিৎন য়েংবগি পেন্দবা যূবতা। ( মথুৎ পায়হুন চিংব )

ছুপী: ( কর থাংব চিংনব, "তোম্নু ঙাওশিন্নন্নু" নচিংব হান্নহুন ফুরিৎখাওদগি মথুৎ নামন ছুরা লোখোক্লগ ) নিংথিন হায়বদ জ্ঞান তাব্রবদি, ইম্ফাল তুরেল ঈ চেম্বহনগে য়েংউ।

( থাংন থংহৌদন থীনব মথুদাংদা )

দেশ: অয়ো ইমা, মী হাংলে মী হাংলে!

( লাওব তপ্পা )

তোম্ব: ( তপ্প খোরক্লগ ঈ খোকপ উবদ ) করিনো কুমসিদি ইম্ফাল তুরেলাস ঈ ওইন চেল্লেনা! ইস; অহম্বদ নান

শোক্লেদা ! ( কমালন অহলগি মথুংতা মখোইনী চংহুন হেংপিব )

দেশঃ অয়োইমা, অয়োইমা, ! নংগি মুপীমচাসি মতৌ য়েংগে হায়রুন ফাগি তৌববু হিংচাবীদোন তৌই নহায়। ঐন মবুকচেল চাংয়েংবিবনি, ঐবো মরিংজেল কৈ হায়। হা হা ... ।। পোং চৈসি উপুদা হাপখিল্লো। ঐ দাক্তরগিদ চংজব য়াদে কৃষ্ণ কৃষ্ণ। ফাগি ফাগি মকম চাদন থীরম্মবদি ঐ শিরবা'নদো। শিরমগনিদা, হরে হরে। মবুক শেংই, মরিংজেল কৈ, নংগি মুপীসিবু থাজো হায়।

মুপীঃ ফাগিদগি শোইবনি য়ারৌনব য়াদে।

( তোম্বন পোং চৈ পুশিল্লগ ইমুংদা চংমিন্নখিব। মুপীমচান খাংপোক মমুংদ কোইয়েংয়েংব নোকফেং নোকফেং তৌহুন মুঙাইন হরুং হন্দা চংহুন লৈব।

( দেশবন্ধু ফীন মথুদাং থুমহুন দাক্তরদা চংখিব )

দেশঃ নখোইনী খংন চৈন তৌগনুকো, ঐ দাক্তরদা ঙাক চংলুখিগে। য়ুম থাদোক্লুন সিনেমা য়েংবকা চখোক্লমগনুকো অঙাং লমহেনবশা। নংন ঙানপ অতেকপ থোক্কে হায়বদো, ঐ লৈরকে লুপাহু পুরকউ, ঙানপ থোকফমদদি লৈরক্লে হায়রগা !

( থোংজিন মপান্দা লেপ্পরদগি তোম্ব লুপাহু পীখিব )

উম, মুপীসিদি সনা পামদবনু কৈ হায় থাঙ তম্বনু কৈ।

( চংখিব )

ফুলীঃ শিরুবদগি হিংলে মুভাইরেদা।
তোষঃ ঐথোর য়ুমদ লৈগদোরিবসি মুভাইদো মাস্রবনে ?
ফুলীঃ লাইবক তহনি মুংবু মুভাইমনথে, য়ুমগিদি, কল্লাংসিদি
থিবাংও মিংশেল মচেৎ ও থর থেৎলে।
তোষঃ মুক লাইরব ইমুংদ করম্ন মুভাইদোরিবা ?
ফুলীঃ মুচাইব হান্নসিদি মুভাইতবথৈ নিংশিংউম্রগ মুভাইজরকপ
পোৎনি।
( মথোয়নীন লাপ্ন তাব ইশৈ )
য়েংউ লাওনে, অদো আদা—
য়েংও লাউনে, য়েংও লাউনে !
ঋতুরাজ বসন্ত ঐগি, লাক্লে ওসি লাক্লেদো!
হলাম হৈনৌ, হৈথা মাইক্লা, ঐগি থম্মোই
হিদোল মুংদা,
সনা লুপা, মনি মণ্ডাম মকা কম শাংকায়রে,
হরাউ তুজুংন ঐবু থুমহৎলে; নিংদোম ঐগি তনিক তনিক্লে।
হায়কম থংদে ঐহাক ওসি, চাৎরে তাওদুন মুভাই ঈপোমদ।
( মমীৎন য়েংনৈ )

New Sohool Building,

সঙ্গাব মুমিংনি, অয়ুক পুং নিপাল তাবদা, মীন বিক থম্ম তিল্লি। সভাপতিগি কম্ফমদা দেশবন্ধু মহাজন লৈ পরেং শিরহুন কম্মি, মনাক্ত লেপ্পুন মপাসিং, founder Secretary লেকচর তৌরি। নিংখিন লৈতেংলব টেবিল মথক্তা হারমনিয়ম চিংব লৈ।

মপাঃ ঙসি সভাপতি ওইবিরিব মিষ্টর দেশবন্ধু সিংহন স্কুলসিগি শেলগিদমক জেলদা লৈরব ঐবু খাদোকপিরে। লিশীং ১০ শিংলগ অরেম্ব লিশীং ৫ ন স্কুলদা দান তৌবিরে, লিশীং ৫ অমন মচাগুম্ব তোম্ব অমম্মুং ঐগি ইচাম্নুপীগি লুহোংনব পিবিরে। পুকচেল চাওবসিগি থৌজালগিদমক স্কুলগি তরফতগি অমম্মুং অঙাং ২গিঁ তরফতগি ঐন হুম্ম হুম্ম থাগৎচরি।

(মমায় খুবাক খুম)

দেশঃ (হৌগৎতুন) মুংশিরব মরুপ মপাং অমম্মুং মণিপুরগি মহারোল! থাংমৈ অমন থাংমৈ অমবু চমথংপাওন. [illegible]

কাউন্সর সেক্রেটারী মপাসিংন ঐগি থম্মোইবু ভালহল্লে, লৈবাক শুংশিবগি, মহৈ চাওচংনবগি থাংমৈন চুহুন। অহানব ওইন লিশীং ১০ দং নহারোলগি ফগৎনব হিরমদা দান তৌজরে, মতুংদগ্ন অওম্ব কৎচরকখিনি।

মমাঃ ঙসি তাঙ্খইবুঙো দেশবন্ধু মহাজন্ন দান তৌবগি খুদম হৌবিরকপদগি অওম ওওম্ব লৈজব লন দান তৌজনিংলে। ঐগি লৈজব হায়বু ঐগি মরূপ অহনবী দেবী এম,এ অসি পুকচেল চাওরব মহাজন্দা কন্যাদানগি ভাবতা কচ্চরে।

( ময়াম্ন খুবাক খুব )

দেশঃ ইবেম্মা! মশানবু ম্নারব্রাও? ( য়েংলকপ )

অহনঃ মরূপ্ন কথোকখ্রবনিন ফনয়ানিংগ্রবগ্ন য়াদব য়াদ্রেদনা।

( য়েংনব )

দেশঃ করেনে যেরা লৈতেনে হৃপ্তিম্নসিনে।

মুপীমচান অহনবীগি মণ্ডরুগি লৈ পরেং লোথোরুগ দেশবন্ধুদা, হুকপা, তোঙ্গন দেশবন্ধুগি মণ্ডকুগি লোরগ অহনবীদা হুকপা। (ময়াম্ন খুবাক খুব, মতৈ মনাওন মম্নিং য়েংনবদা)

মুপীমচা থরন Closing Song শকই,

ঈশৈ।

শেংকে চাগে, লৈয়ু পীয়ু,
কুশ্মে কীয়োং য়ৌ য়ৌ
থাবন চোংই ঙৈ হা।

## লৈশাবী চিঠিখেলা

( মনপ চিংথংলগ মপী তৈথোক্কুন )

করম্নো হে লাইরবা,
নচা ননাও থুংশির মান্নবা,
শূভম চংকমদি খঙদ্রবা ।
কমছুন লৈরে রাখলপূল,
থবকপু তৌরে শেলগি পল,
থুংঙাইব কাংবুন বো বো ।
করম্নো লাইরব করম্নো,
অঙম অথৌ খঙনদবা,
তাইবং মীচং নাইরবসিদা ।

লোইরব